কুটনিটি সভাদা পঙ্লবা মচিন মনাও
অনিদা, কাংবু খুদীংনা তাম্নবি, মাগী মাগী
ওইনবা,—হায় জন্বা মুঙাইবা খবদং, পানজকব়া
মনাওনা মযাম্গী যেন্নবা চেইজবিদে। অংথোইবা।

চান্নজবা অনিবু মধ্য যুগকী রাখলনা
শোখাই তোথাই তাহল্লে। অহিংসাগী মঙালনা
তাইবঙ মপা থৌদাংনা মতম খক পূন্নমী।
রুদ্র-রাতান্না মহৈনা অহিংসা মবাম চায়হল্লী।

নোংচুপ্ সমুদ্র শোব্বান্দা উপগা মাষকৈ ওল্লবা
তিলাং খাযাংনরবা জাতিগী অনৌবা ঈনোংনা
শুহৎ পাঙল্ লগাইনখ্রব— অমুক ফংলবোত খাল্লবা
চিন্বান্ থক-থা চিক্রুনা, নোক্রী খোয়বাঙ থোযশানে

মচীন মনাও অনিদো—লমায়েনবীরে হাযবগা
ভাবত্ পোকপা থপখরে। খাযদোক্লবা পুমপ্ৰ দা
মচানীংবী মমাতা মশম মনা ইফা-ফা
শিগী মতুম খবদং শিম্ভজন্নি ১থত্না।

মচীন্ মনাও আননা থংনবসে উবগা
হৌখ্রবা পাঙলদো ফংলাবাইদব, ফংলকপা যাই থম্নুনং
লাঙ্তক্লনা য়েংজবি কাওবু খব তোব্বান্দা।
ওং জাশা-নবু লৈবিডে ওইববোইদংগু থলহল্লিকো।

হে ভারত পোকপা ! নহাক্কী থরাইনা
থম্মোই থুদিঙ চঙ্‌ঙ্ঘুনা অরানবা রাখল মাঙ্‌লগা
মচীন মনাও অনিনা চান্ন-চিন্ন লৈহ্নুনা
মীওইবা সমাজদা নঙগী মন্ত্র তম্বীহ্নুনা

ঈনা চোৎলবা তাইবঙদা অঙৌবদো পুবক্কুনা
নাইবঙদা স্বর্গ শেম্বদো কবম্বা কান্দা উগবা ?
মতমহুবু থাপলিববা ? শুক্লাক্ লাক্লবোইদনা ?
নত্রগা, লাপত্রবনা মতমদে–– হুণ্ডাইহ্নবে অহু শুইবনা

হে ভারত পোকপা ! স্বর্গগী হুণ্ডাইবনা
নহাকপু শুক্লাংপা ঙমলোইদে নহাক্কী থরাযনা
অমুক হন্না কূম্নক্কুনা তাইবঙদা
মহৌশাগী নতিক নঙাল উংনবো অমম্বলবু সিদা।

মম্নবা পৃথ্বী আকাশতা মন্না পাইরে নোংসে
মৈঙাল্ মৈরিক্ থরদং অমম্ব-লত্তা লোৎথিবনা
লম্বী তংথাই চন্‌বদা লম্মাঙ্‌নরে তাইবঙসে
উৎলো নঙ্গী নঙাল্লুদো লমজীংবীবো নঙালহ্নুনা।

নঙগী নঙাল ফংলবদা— হে ভারত পোকপা
পঙ্লম্বা মচীন মনাওদো অশেংবা জ্ঞান ফংজরে;
কুটনিটি লানফমূদা পুন্না পারে য়েরুবা
পি-কংদবী মমাদো হিং তি লাওনা নোকচরে।

মোমোন নোকপী মহাক্লা অনি থোক্ল পৃথিবু
ভাই-ন লাক্‌য়েন্ পুন্নকলি তাইবঙ স্বর্গ ওইনবা
নঙ্গী নঙাল্‌সিতনা নোকচারবী মহাকপু
পাম্বে উরী ওইতুনা কারী লম্বী ওম্লব।

নঙ্গী পাওতাক্ তুংইন্না নোংপোক্ নোংচুপ্ তিল্লনি
মীওইবগীদমক্তা খেন্নবতু থা-রকলে
মালঙ্ লমদম্ লুঙাইবা তাইবঙ্দা লৈনা ফংলনি
তাইবঙ রাবা কোক্লগা স্বর্গ লমদম পাংখরে ॥

২

# খোঙজোম লান্দা পাওনা

১ "খুৎস্তু-থাঙলেন্ পায়রগা কনাবুনো কিদৌবা?
চেনগন্নু মৈতৈ মচাশা! মায়োক্নবা লানফম্দৈ;
অকন্বগী মচানা হৌনবন্না কিরুবা?
পোক্নফম্ লমদম্ মুংশিবী মহাক্কী মান্ ঙাক্নবৈ:
মচাগী থন্নায় কৎপদা পাম্মুবা করি লৈবগে?
য়েক্ন'মায়রোং য়াবদা থৌনা ফবা মচানা
তুং-ওই নাতৈ থম্বদি করি মতৌ কৌবগে?
'নীংতমজবী ইমাবু নাইথাং ওইহন্দবনা
মচা ওইবা ঐখোয়গী থোইর'পুনশি থৌদাংনি;
লানফমদা মায় ওন্দবা লেপ্পা স্বর্গ ফংবনি।"
পাওনা খোঙ্গেল তাবদা ওয়া মরায় হাইগংলে॥

২ "ফম চাওনা নাইনিংত্রা— দোলাই ফৈনা তোংনিংত্রা
খাংমেনচৎপা পামদ্রা— চোংথোক্লকলো কনানো
সনা খুজি লৈতেংগে— কনা লৈতব্রবরা?
কৈতুমশঙদা লেপ্নুনা হিক্লা কপ্লি কনানো?
"নম্রাল্ লক্না লৈরম্মু নওবু ঐনা মুংশিজৈ
নহাকুথকীদমক্তা থন্নায় অসি থাজগে।"
মথা কব্রক চিক্নুনা ব্রজবাসী তেংথাজৈ।

"অবোইবা ঈরিক'মক্ত নখোঙ খাদা কচ্চগে"
মখোযনা নঙ্গী মাঙনবা শীল্লিবনি খঙৈজদো
কন্নিঙাই কৈক্ত মবালগী লাল্লুম চোমায় কংপদো
মুংশিদবা ঙমজদে, মখোযগী য়াথং ঙাক্লগে।

৩ কৈশুমশঙদগী থোবাক্লে— অযুক্লা মেঞ্জব পাঙ্গনবা
লু দাংল্লাই লানফম্ যাযহুদা, পুন্সি বিদায পাবনি।
শিংলিদা ঈবিক লৈবিঙৈ নোক্লা লানবা শীল্লিবা,
অকপ্পী ইমা উদবা ব্রজবাসী রাশকৃনি।
অহুবুনে ইমাও! ওহ্লোকপান নবাইবকাশে
নচাশিংগী রাখলদো লংজা মঙ ফাংথবে।
অপূনবা পাঙ্গল অহুবু চোইনা মাযবোং যাবাশে
বদাইদা মঙ্গল ওইখিবা— মহৈ মহৈ খঙনদ্রে
কল্লক্লবা রাখলদা মমাগী যেংবা থম্মোইনা
অক ফত্ত খঙহল্লে, যেক্লব' মকাপ শাহুনা
পুশিল্লকলে যুমুংদা কবম থিংবা ঙমদগে?

৪ "দ্রোং দ্রোং" "শেং শেং" নোংমৈ থোঞ্জেল তারকলে
পাক্লবা থোংজোম লম্পাক্তা; মৈতৈ লাম্মী মচাগী,
পীক্ল' লানবন থক্তুদা হলি মক হৈথবে
লাঙথেন' ল্লাংবা চীদোনৈদ ব্রিটিশ তেঙ্গোল' চৌকী
বম তোপ থিন্দুনা, নোংমৈ চীন্দোন চীল্লক্লা

মাঙ তুং, য়েং ওই থরান্ থাগী নোংজুনি,
খুরক হাওবা লৈতরে। চুঙোইরুমদা থুপ্পুনা
খোঙকম অহুম লেপ্পুনা ব্রজবাসীই লুচিংনি
কনানা লাকচ' ঙম্গনি মৈতৈ হৌনা লৈরিঙৈ
কনানা থুহুম চল্লনি মৈতৈ লিংজেন্ পুল্লিঙৈ
অতুবু চোংথা মিয়া চেনখরে লান্জিং পুরেন লোৎখরে।

৫ চোংথা মিয়া ময়াথং ব্রজবাসী কক্লরা,
লাঙথেন চীংদোন পায়হৌদে য়েক্লবগী ওইহনখি।
লাঞ্জিং পুরেন ব্বাশিদি ওইরমইনে তিঞ্জংরা
মৈতৈ লান্মী মচাদি ঙায়োক চক্ষু ঙাক্রানি।
অতুবু ব্রজবাসী হিংলিঙৈ খুৎথেংনবা নত্তনা
লাপ্পা জয়বু ওইবদি মপোক্কুগী ওইখিদ্রেং;
লাঙ্গোয়চনবা নোংশাগুম্ য়েথাং ওইথাং পায়হুনা
মৈতৈ লান্মী লুচিংলে য়েক্ললক্কা চোংশিনখ্রে
মাঙদা তোপ তুংদা বম্, য়েংলোম ওইরোম অনিদা
নোংমৈ গুলি নোংচুরে চীংথক্কগী মখোয়দা;
হনবা লৈত্র মখোয়না ঙম্ন, চীংথক্ কারকলি।

৬ চীংদোন য়োই তথাইতা জগৎ পুম্বা ঙকখরে
ব্রিটিশ লান্মী তকখায়রে পাঙবা য়াদে পাঙনা মাঙদা
হনবা শানা চেন্থখি, ব্রিটিশ লান্মী ইল্লকলে

খুংথেংননা য়াম্নরে, খেংজোম লানফম্ য়াম্নহ্‌দা।
মৈতৈ ভেঙ্গোল্লক্তগী চরাম্নবা নোংশাও!
নঙনা ঙংবা তাবদা য়েংউ! শজি চেল্লিশে
ওইংথাঙ য়েখাঙ থৌগনবা হৃনবা নাইদ পাখোও!
মমায় কল্ল' মখোয়শে য়েন্দেম থরাম শোইরশে।
পাখৌ থাঙদোন থক্তগী মীকোক্ ঈচেল চেম্বরী
খোংজোম্ তুরেল ঈঙাংনা লাইজ পাক্তক হাথবী
কোনা মহৈ কেমওমলে মালেম শকউ ফংদরে।

৭ মহৈ মহৈ চংনখ্রে, মৈতৈ লাম্মী মচাদা
পাওনা মথন্ লৈহৌবে. মশী য়াম্বা হেমবনা
হাংপা লোইবা লৈতবে; সাম্রাজ্যমা পাবদা
পাওনা পাম্বোম্ হিকথিন্ত্রি; মনিল কাবা থাঙশানা
লমজীংতুনা পুবিদো— য়েক্রবা কনা থাঙ গনি;
অতুবুনে পাখোও! ঙসি নঙগী জয় লৈতে।
খুজু খুংলাই লানবাংউ কোন্নদা পাও থাবনি
তোপ্ অমত্তং নিবা কাও অমত্তা কাও থারক্তে।
লাম্মী মচা তুমখরে: ঈন্‌শিন বদা য়াগনবা
ইন্ধিংথোনা চিংনরে; পাওনা রাখল অচুম্বা
লুচিং রাখল লানবনা পাখৌ থম্মোয় কায়খরে।

৮ চীরোল্ হৈবা কয়ানি খুরক্তা তুম্ চঙ্খরে;
মাঙলমলাই মতম্ য়োকনা, রাখল পেং চোইরেদো
শেরাম্বা লমজীংদা রাখল্ পোম্বা নপখরে;
অচুবস্মু লাক্লেদো অকনবস্মু পাঙত্রেদো।
ওস্তোকপানি! লুচিংবনা পাওত্রগা জাতি পুম্বা খোল্লেদো।
নোংশা শুম্বা য়াওদনে— য়েক মশীং রাংলরোই;
অরাবনি! লুচিংবনা পঙলগা লৈবাকী মাঙন ওইরেদো
য়েক্নবৈই মতৌন্ ওইখরে ইমাগী রাবা খোল্লোবাই।
মুংশিজরবী মনিপুর! নচাশিংনা লিংজেল্ মাঙখ কাল্
নঙগী নথাদা লৈথুনা নঙগী মুক্তি সংগ্রামদা
মায়পাকচ' ওইহনগা এঁগী রাখল পোম্লগে॥

৯ খুসি বিদায় লৌখ্রক্লা ওইবংসিদা লৈরক্লোই
চীংলেম্না চংখরে এঁগী মঙাল তুখরো;
কোন্নুনা চিংন-প্রোক্লেরদা মঙল অমুক লৈবারোই,
সাম্রাজ্য অমা থিংনুবা ইখওনিনগরৈ।
লানফম য়ায়দা লৈজনা অরোইবা ঔবিক পীজরি
পুন্সি বিদায় পীরগা ইমানা শাইথাং ওইখরো
মপোকশিংগী উৎরোক্ত এঁগী রাশক খুংজরি,
পামজরুগা সিঙনি 'তুম্ রাখল পোম্বা কংক্রেকো।
রাখলসিবু তৌত্লা রজবানী অশোবা!
খুংলাইনক শেষ' লমওর্মুং য়েক্নবু তানখাইবা
কমানা শীথা চমনি। ত্রিটিশ চিনবান কলেকলে।

১০ "মৈতৈ পাথৌ অথোইবা ! নকম্ চাওনা নাইহনগে
তসব্ চাওনা ফংহুনা পুনসিহুমা লেমুবা
ঐখোয়গদি লোয়ননা কোন্নুং পায়সি কৈদৌগে ?"
"ঈরিক্ মত্তং লৈবিতে ইমা সেবা তৌজবা
ব্রজবাসী রাশকী হুন্ডাইবা ফন'ওইনমু
মীনায় ওইনা পুনসিদৈই ইনীংতম্না মিকুপমত্তং
ঐগী পুন্সি ওইবনা হেন্না পামলে থরাযসু
তিন্ন' পুকচেল রাংলবা য়ৌরবোইকো কোন্নুং
ঐগী য়াইবী লৌবরো ঐদি অমুক হিংলবোই" ।
"পাথৌও নঙ্গুম্বা তাইবংদা হন্না উববোই
হায়যুগবা অথৌবা অমুক হন্না থন্নবোইদ্রা ?"

১১ "ঈনা খুংসি ফা-খরে থাঙ্ থা-বা য়াদবে,
ক্ষেত্রী ওইনা শিথিগে রাশক্রুনা হায়জবি
ঐনা কনা শোকলোইদো, ঐগী য়াখল লেপখরে।"
মচেৎ মচেৎ তারবা ইমা লৈবাক রাজর্ষি
অরাবনি পলেমও ! নঙ্গু নীংজ' অমত্তং
পুন্শি বিদায় লৌদৌবে হুংদা কনা লাক্লবোই
তেক্ক' থাঙশাং য়েংলগা ইমাজবকই রাহৈ মত্তং—
'পাথৌ নঙ্গুম্ লাম্ৈবা মৈতৈ অনি শুনিবোই
'কৈস্থ লৈত' ঐহাক্নি নংবু হেনবা লখানি
(অত্থবু) মখোয় কনা লাক্লাই কলঙ্কবা মশেলনি
লাইবক ফৈদা নখোয়গী মথাক্লনা মায়বোং য়াদবা।"

১২ মন্ত্র শক্তি য়াওদ্রবা চম্ন পাওনা ওইখরে
খোমজোং তোবৈ মঙ্গদা তাঙ্‌ল মনি শিন্নবে
থম্মোয় মন্দির য়ায়হুদা মবুঙো থৌগল ফংজবে
পিগী ঈরা চেন্দুনা লৈনা" মুক্তং য়েংজরে।
পাওনা য়াথং তুংইন্না ব্রিটিশ লুচিং খুৎসিদো
খুংগু জগোয় শাখরে। ঈঙাং পক্ল থাঙ্‌দোনগী
দোলায় লেন্দ তোংহনা পাথৌ নোংদোন কাখ্রেদো।
লিন্‌গী ফিবাল্‌ হিকথখি লানঙম ফিরান থেংচখি
মনা ওম্ব। মনিপুর মীনায় নায়থাং কোক্লবোই
চীবে নতনা হৈথবে, মৈতৈ লিংজেন লাক্লরোই
লুচিংবনা পঙ্‌লিখৈ লুচিংবনা পাঙ্‌ম্রিমখৈ।

---

ইম্ফাল
১১ | ৮ | ৫০ ইং

---

* ইংশোক ১৯৫০গী খোজেল পত্রিকাদা ফোংখিবা

## ৩

## খল্লহৌদবা

ইম্মুংবুংগী লৈরাংনা
শাংলম্মী লৈকা ফম্না
কাইদ' হুম্বা মালঙ্বা
চীংলোন্‌গী মাপল্ লাল্লকপা
লৈরাং লৈনম হুখরে
ফজবা কয়া লোংশিনখ্রে
থুইদ কয়া লেংহুনা
ওম্না তৈনা ভমহুনা
চীংলোন্ মাপন রাংমদা
সমত্রু ঈপাক্ লানবদা
খুবাক খুল্লা নোক্লখি
ইকাই মায়থোং লুকথখি
হায়যু কনাই মরাল্লনো ?
নমিং থিংনা য়েংহৌবো
পঙ্জবগী প্রতি ফল
থুইদবগী পাওনিংখোল—
তাইবং শুনা তিল্লিৈ
শীঙেল লৈচন্ শুল্লিৈ
ইম্মুংবংগী লৈখাকী

# ৪

# ঙসিগী শিঙ্গা

"হায়বীবো হে নীংথিবী
ঙসি কবি শিঙ্গানো ?"
কোক্‌থোং শীংলেন্ থাবগা
পাওহংজবে সুজাদা।
"অতোঙ্‌বদৈ লৈ-ঙৌও
অকুংপদা মেন্‌শিলে।"
সুরা যাথং তাওথবে
পাখঙ্ কোক্‌থক হাপচরে।
যাথং পীবা মহাক্কী
পাঙ্‌থোক্‌পনা ঐহাক্কী
রাম্ম কৌবা শোংগোই
"কবিগীনো" হংলোই।
লুপা চীংদোন্ কারকলে
পোলাং থম্মা পেক্লগা
হৈথজরে লৈকুত্তা
হুমাং তপ্ তপ্ তাজরে।
খল্লগদ্রা থন্দুনা
হি হি লাওনা নোক্‌চরুই,

শিন্থা পাঙলে নীংহুনা
কুমথজ'গ হোৎলকই । ফু
(অহুবু) অংাংপা মোংহৌ লাকুনা
অপঙ্বা ঈচাও অমনা
চানথোকখবে ওমমক্
হান্নদৈ অনুক্ কুৎথরে ।
লুবা যাথং পাঙ্নবা
রায় কৌবা হায়দনা
পাথঙ্ অমুক শীথারে ;
মক্ক মযাঙ্ কেমজবে ।
লুপা চিংহুন তুমথরো
লৈকুং ফুন্বা ওমহৌত্র,
অপঙবা ঈচাওনা পুখিবা
থোন্গৎলুকে অতোপ্প' মা ।
নুরা ইনেম মচা ও
নঙ্গী য়াথং ওাকওমন্দা
পুন্সিসিমা কেমলেদো ।
অপঙ্ ঈচাও থিংনবা
নঙ্গী নতা "লৌশিংবী"
থম্মোয় থুদীং চঙ্হল্লো ;
ফীজেৎ চাকচা থুংবা

লৈঙ্কুং কোঙ্গুং য়াহিপ্পা

মখোয় চনা লোয়গা

ফুন্‌বা ঙম্‌মি লৈক্কভো,

ম চমতুদা নহাক্কী

য়াঙ্গং ঙাক্‌পা শক্‌চগে ।

---

কলিকটা

৪ | ১ | ৫১ ইং

# ৫

# বসন্ত লাকপদা

বসন্ত লাক্লে শানৌখোব

শানী পুক্কী নিল্লবনা

যেংলী হুল্ল ইশাবায়

নাবা খোঙ্বাপ্ তে যনকানা ।

কুণ্ডনেদি যজবী

হাবী তি-তিং নিঙবী

শক্যায় মাঙ্দা থাজবী

নুবা শম্হাং তোযজবী ।

ঐগী পুক বসন্ত

বদাংদা চংশ্রে নহাওবা

নুবা খোযাদায ববিতা

কাওববা হুংশিবী ।

হানৌ লেঙ লেঙ্ জগোযদা

মালঙ্ তাম্থা পীজবী

চেক্লা শঙ্গু শৈইন্দা

পূল্লা মির খোম্থানবী ।

শীতেল নংথোয়নরবী
মীরক্ মীচন্ থীৎরে
শেন্নান পাঙ্সন্ ককহৌদ্রে।

ময়াংকাক্কী পাঙজেন্দো
তাইবং পানবা থাজৈদো
অচুম্ববু হায়জবা
লৈথাবীনা শোঙবা
তাখিদরে কনানা
থন্খরেদা রাবনা।
চাওর' তাইবঙ্ লৈকোন্দি
লাওবা কন্বা মীতগী
খোঙ্থাংতনা নিল্লিকো
তাইবং পুম্বা থাজৈদো।
মতুশোনবী হুংবংবী
অচুম্ববু উচ্চবী
তানা তানা তাবিদে
উনা উনা উবিদে।
অরাবনি হে লৈরাং
নঙ্গী পুন্সি ঈরেম্ং
ঈমুংবুংদা পন্থুনা
লেনবা তারেদো রানা।

নঙ্‌বু শঙ্‌বা কযাদো
মীতৌ তম্বা পামলুইদো,
চীবান্‌ লান্দা থুত্না
অঙাঙ্‌ মপাল থোক্লুনা
মীরন্না ইবন্‌ শাক্লবে
উনাক মতু থেৎলুবে।
নহাক লৈবি কাওথবে
থরায নমি ফাখবে।
অতুনা, কযা কুইনা লুঙাইনি?
"নখোয ঐগী মীনাযনি
ঐগী ইখোঙ্‌ শেংজবো
নৈমৈ ফেৎ-ফেৎ হাইজবো।
চবা নোঙ্‌খন্‌ হন্‌নীগে
অবেম অতা পীজগে।
নখোয় থাকৎ তাবিবোই
নয়া কাখৎ যাববোই,
ঐগী যাথং ইন্দ্রথা
লমহেন কনা যাওবকপা
নক্ক নংদা ওক্লান
চক্পী উচান্‌ খাঙনবি।"
মীনায ওইবা পাম্‌জবা
থবনা মমৈ হাইরিবা

ম্নহাও মতোং ম্নাওদ্রবা
মঙ্গ খর ফংজবা
হরাও হরাও য়োংচরি,
অঙকপনি নৈথাবী
নঙ্সি লাইবক্ থীখ্রেদা
নচীন্ নৱৈ ককুঁখ্রেদো ।
অপঙ্বগী মরলবু
অশিংবনা চাবস্থু
মীনায় ওইবা খরনা
পামজরুবা ওইবনা
খুদোম্চীদা হাপখবে
কনা লেমহৌৱিবগে ?

নুংশিৎ গুনা শীৎলকলে
হরা পূম্বা শুবরে
রাঙাঙ কায়াৎ ফা-খরে
তাইবঙ্ জাতি তিন্ খরে,
ইন্নুংবুংসি নিল্লেদো
ঙ্যাকচবম্বা খিবিক্লো
কানি চাগুম্ তম্বখ্রে
য়াই চাগুম্ পঙ্থাখ্রে ।।
নোংমৈ গুল্লি মবক্কা

থাঙ্দোন্ তাদোন্ মচীন্দা
কিবা লৈরমদবদো
কদায়দা লৈখ্রে থৌনাদো ?
নথস্তুগী নরালনি
নথস্তুগী খুজিলনি,
চোংলমদাইদা খন্দবী
গুহা-স্নংদা তারবী
লমহুই শঙ্ক তৌজবী
ওইজরেদো খোঙনেংনবী
খাঙউ রানা লৈথাবী
রাবা পন্দোন পোম্লগা
কানি ময়াই মাঙখ্রগা
য়াইগী ময়াই চল্লগা
মীরুপ অমুক থোক্কনি
লমহুই নিংথৌ শিগনি ।

---

ইম্ফাল, ওক্টোবর ৩১, ১৯৫০ ইং

শিখরকপা থাজদা
তাইবঙ্ অপ্পা, কয়ানা
মুরা নঙ্বু তানবদা
চেল্লিবরা কিছুনা।
হে থম্মোয়গী মমোমল্লোই
চীংল্লুং মান্নংদা লোৎচবী
অথাপ্পা চীংগোন্দা লোৎলিবোই
কান্নরয়োই উরে ঐদি।
হিমালয়গী চীংগোন্দা
বিন্ধ্য চীংগী নাপ্পদা
নোংমাইজীংগী লোক্তংদা
নিলগীরী চীংদোন্দা
অমুক্স্থ ভারত রাংমদা
ষ্টাফোর্ডকী উন্নুংদা
ফ্লোরেন্সকী কুঞ্জদা
সুপীরিয়র পাৎপান্দা
চেন্না থাঙ্জবী
নঙ্বু ফংদ্রিফাও থার-বোই।
রাংলবা চীংদোন কাগনি
গুক্ত' লোকল্লুং থাক্লয়োই—
মুরা নঙবু মিগনি
ফংদ্রি-ফাও তোক্লয়োই।

নঙ্‌বু ফংলে ঙসিদি
'গাঙ্গা সাগর তোর্ববান্দা।
য়েংউ নুংশিবী অমুক্তা
চাবা ফংত্রবা কয়ানা
লাওনা-কানা ইন্নবা;
লুঙ্‌খঙ্‌ পায়রবা কয়ানা
শুপায়হুনা মাঙ্‌হন্‌বা
অসিপূম্বা থাহুনা
নুবা নঙ্‌বু! নুংশিবা
খঙ্‌দ্রিববা হৌজিকফাও—।
"তাবিববা নুংশিবা
নীংতমজবী ঐহাকপু
ঙম্রোইদো কুইনা থম্বা
ঐগী য়াম্না তাবীমু!
মপোক খুদীং নহাকী
হৈনা খোঙ্‌লোই ইঙ্গগে
থিদ্রবমু ঐহাক্কী
নঙ্‌গী নাক্তা লাকচগে;—
রাকনা পন্দোল লোয়্রবা
লোংজু লুশ্না থাঙ্‌লবা
লাম্বনা চবি তৎলবা
শুহৎ পোৎলুম্‌ পুরবা

তোল্লবশিংসে য়েংবীয়্ৰ।
মখোয়গী অরাবসে
থম্মোয় খুদীং ফাওহনবা
কুংশি মিয় খোল্লেলনা
নত্রগা কিনা ডংল' খোল্লাওনা
শুহৎ পরীং শেমলিবা
নুঙ্থঙ্ পায়বা কয়াসে
মথক মখা ওস্থোকপা
পামজকইদো ননাওনা
মতমত্থদা পাম্মুবা
নঙ্গী লোয়িন্ ওইদুনা
তাইবং পম্বু য়ৌশিকো ॥”

---

কলকটা
২৪।৩।৫১ ইং

৬

## "নোক্চগে খা-ক্কা"

"চংখ্রো থাপ্পা অথাপ্পদা
পামজদরে ছসিদি
মিরবা থম্মোয় খোঞ্জেলদে
তা-জনীংগ্রে নাকোংসিদা
মাঙ্খ্রে অথোংপা আন্নৌব
চাক্নি ফিনি খোনসিনা
পঙ্শিল্লে তা-না তাবা
থলহল্লে থম্মোয় অমস্বা।
"তাইবংনা কপ্পা তারগা
নোকচগে ঐদি হৌ-না;
লৈজগে ঐদি কপ্তুনা
খঙ্দবা কনানা নোক্লগা
তাইবঙ্সিগা তায়োম্নৈ
অঙাওবদি হায়সন্নু
কিবা লৈতে ঐহাকস্থ
মালঙ্ খোঙ্চং ঈহুনৈ।।
খরনা মোমোন নোক্লুনা
থেক্কা নৌনা মচংলি,
নোংজু মুংশা মথাঙ্লি
খরনা হিক্কা কপ্তুনা।

লনগৈ থন্‌বা নাকনা
লম্না খোংবাল [illegible]
পুক্লী পায়না [illegible]
চূদংনবা মখোয়নী।
অরৈবা ফিজী লৈ-চিংই
লৈজদবা [illegible] ফিডেংথৈনে;
চয়া নামা [illegible]
পোথাবা লৈত্ত মনোমই।
করি মতৌ কৌবনো
মীওইবগী দোষরা
কুরম শীংথাগাদৌবা
সমাজগী মরাল্লো?
থরনা মোম্পাক্তা হিপলিদো
মথোয়না শোয়োক্তা মওল্লি;
কনাগী মরাল ওইগনি
চমমনরক্লে থনবদা।
পায়মা পীবুক্ কায়রকলে
হিক্কুইরবা খোঙ্গাংনা
থম্মোয় নিকপা খোজেলনা
তপ্প তপ্পা হায়রক্লে—
"হে মোম্পাক্তা হিপ্লিবা
চাথনা পুক্পু খোল্লবা

মখোয়সি মী নক্তরা
অমুক্তা-কুম্বনা থম্লুবা ?
নুংশিবা শুরদা ত্ৰাওজবা
যন্ত্ৰগী খোম্বাং ত্ৰিমন।
মখোয়শি মীনি হায়বনা
থল্লসত্ন জগত্ পূম্বা ॥
বনন্তগী হে কোকিল !
চীংনুংগী তাম্ৰবা তাম্না
খোংউ নখৌ পোঙ্না
শকউ মখোয়সু মীনি।
ভসিগী ম্নোংহৌ ল্যকপদা
থম্মোয় নিক্লা হায়নীংই
হে ঈশ্বর নহাকশে শৈববদি
শীম্নহনবীয়ু মথক মখা অমুক্তা
মতমুহূদা মখোয়না
পীরাং চেনবদো রাবনা
উজরগা ইম্নিংশিনা
পেঙ্গগে— নোকচগে, থাক্লা ॥"

---

৭

## শাকেমলী ম্যাখং

ইমা নঙ্গী কোজলায়সে
ঐগী য়ারা ওইদবা
লোইদাম কযা ওইখবে
কুমজা কয়া ফারক্লে।
খোম্লেন্ মঙ্লান চান্দুলা
ইমা নহাক লাক্লম্লগা
কবিগী হুন্দোকপীরম্বা
তাইবঙ মঙ্ফাওনরকপা
কায়নবগী রাবনা
মন্তরবা থম্মোয়দা
মিকুপ্ খর ঈংলবা
নঙ্গী য়ারা মৃত ফংজমা
নৌহৌননা ফংজরে-মাঙ খ্রঙ্খা থৌনা
চঙ্শিজরগে ইমা তাইবঙ্-লানকমদা;
নঙগী বর ফংলবদা কিকখিনি কনাবু
ইথত্তুনা লান্থানি নৈরমসমু য়েক্লবা।

অহবু ইমা ! নথক্তা লাক্লম্লগদ
ছন্দোকপীবম্বগে ইথম্লতা ?
ভজবগী চুভাইরিগৈ, তাজহৌদ্রে নয়াথং শেংনা
হায়বীযু ইমা ঐগী রাববী, অমুক্তা শেংনা।

মীরমলেন্দা লৈরিবে
নঙ্গী নীংবা থুংদবা
নপাবী চাওদবা ঐহাক্না
নমোম্ অপিথক মখোযনা—
সেবা মপুং ফাদবা
কবি তৌফম্ খোকপদো
ঐগী থৌদাং ওইজগে
নঙ্গী য়াথং ঙাকচগে ।
থুজেং পালোইনহুনা
খোম্লেন্ মঙ্লানচানগুম্না
ঐগী থৌদাং পাঙ্নবা
লমজীংবীরো নহাক্না ॥
শকউদনা লৈহুনা
ঐবু তত্ত্বনা শেন্নবিবী
হায়বীয়ু অরাংপদো
য়াথং নঙ্গী চুংশিবদো
থম্মোয়চুংগী রাহৌবা

মীংঙম্হৌদবা পূম্বদো
নচানা ঙম্দবা লৈররোই
ফংলবদা নঙ্গী থৌজাল।
মালেম শীল্হ্রেনা কূপলিবী
শংবান্নবা অতিয়াগুম
মঙম পূম্বা ঙাকপীরিবী
হায়বীবো, হায়বীরো থৌজালহৈবী
করি থৌরম পাঙলোগে ?
নঙ্গী যাথং ঙাক্পনা
নচা ঐগী থৌদাংনি
পলেম নঙগী থৌবাংনি।
থোমলেন মঙলান মঙফাগুবে
নয়াথং থৌজাল ফংজবে।
হাদা পলেম্ লৌশিংবী
মতম পূম্বা নথাদা, শোয়দ-ঙামদ-থন্নকপী
অরাবনা থল্লবা তাইবঙ্গী
লৈত-লায়র-চুদৎন-থল্লবা
মীমান্নদবী, শোথহৌরবী পোইবৈ লৈমা
মীকোক থোংহম্নি-লোইয়িন থম্ইন্ লোয়ননা

অনী থোক্লবদা

নচাগী রাশকৃনি, পলেমগী য়াথংনি
নমান্নব'লত্তা পলেম্ অপোকপী
চীংলেম্মা-থুকৃনা কিনা লোযনবা
ময়খায়না থৌগল--নচানা উজবা
নচাগী রাশক্লী-পলেমুগী যাথংনি
যেংবীযু তত্তনা শকৃউদনা নৈত্থনা
ঙাকপীযু অশোয-অঙাম, তাকপীযু নয়াথং
পাঙ্থোকপনা থৈদাংনি-নচাশিংনা মথ মথং ॥

---

কলিকতা, জুলাই ১৯৫১ ইং

৮

# লিন্দাওবী

মিংলাওবী লিন্দাওবী
হাইনোক নোকপী গুঙ্কাংপী

নহাক্তনা মাঙতল্লে
নহাক্তনা ওংপীবে।

হৈজীং কাদমা হৈবোনবী
শাংকাযদবী পোমশাংনবী

নহাক্তনা লংথবে
অরা' পাক্তা লূপহল্লে।

পেনা নঙবু শেমলিঙৈ
লৈনা নঙবু যেংলিঙৈ

শামুবৌসু য়োখবে
খুনু মাসু কাখবে।

লিন্দাওবীবু য়েংলিঙৈ
[illegible]য় তয়াংনরিঙৈ

য়েক্তব' লাঙ্গোয় চনখরে
লৈজবা ভম্না মুনখরে॥

কৈকোটনবগে মিৎলাংশী
ঙৈজীং যাদ্রি' মখৈদি

নচা ননাই কয়াসে
পাম্বোম্ অমুক্তং তিংঙনসে ।

মচুগী লনগৈ তাক্লবা
য়েক্লবদুগী কন্নবা ।

মৈতৈ কল্লী হায়বদায
থৌনা কৈ শোন্বদায়,

কপায়বা লৈখ্রে থৌনা
খশায়দা চংখ্রে অকংবা

নচাক নবন্ মুনথ্রবাও
অমুক্ থাবকপা লৈত্র'ব ।

হে পোমশাংনবা শাংকাবলবী
নচুগী মিত্রনা খলহল্লী

কাকী খোংঙেলবু কোকিলগীনি
হুনবু চান্নবা মরুপনি ।

গংশ্রাকপানি । লৈমবু য়েংলিঙৈ
হে আথোবনি তাবনবা

ননাক্তা লৈবা হুন্নানবনা
মাগীনি হায়ত্রে নপোৎ পূম্বা

নঙ্গী লৈমন্থু লোৎথরে
নমায়দন্থু হামুক্ তৈবীরে
মীনায়নি হায়না শন্দোকৃলে
খর লৈরবদ্রি হংনরক্লনি
লৈরম্ববনে "মৈতৈ" কৌবা অমা ?

লান্‌বন্ ঙাকপা ঙমদবে
থাঙগী ময়া কেম্‌খরে
য়েক্লবনা খাক্লা নোক্‌লি
নঙ্দি "মৈতৈ" মিত্রংদা পঙ্থরি ।

কবম্বা দোষনা নহাকপু
অস্থম্বা কোমদা তাখ্রবা
ঈশিং ফবী মহৈ ফবী
লৈজবা ঙম্না মুনখ্রবনা—

চাক্তাংবগী লৈবাং চরোং
মহামারী হৈবাং মবোং
নঙ্গী মিত্রংনা পুরক্‌লে
চাজবি, য়েংজরি থরাই তানা
হেলোয়না পুববশিংসিনা ।

হে লিন্দাওবী শাৎকায়দবী
কয়া রাৎলিবগে নঙ্গী
মিত্রং অসি তোক্কদবা ?
হে পাখংবা শকলোন্‌পুবা !

নহাক্কী লৈকোন্নি কৈদৌগে
অমুক্তং লাওথোংহুনা মনিন্ নাইনা
লেপহন্‌সি মিত্রংসে লিন্দাওবীগী
মিৎ শিংহন্‌সি য়াইনা পঙ্থরবশিংগী

হে শাগপ তোয়বা
কাওববরা নহাক্তনি হায়বা
ঙাক্দবা নরৈবাক নজাতগী সম্মান্
ঙাক্তবসু নশাগী সম্মান্।

কাওগনু নহাক্ মৈতৈনি
অকন্‌বগী মচানি
মপাগী মহন ঙাকপদি
মচাগী মত্তা ঙায়বা থৌদাংনি।

---

কলিকটা
২৩ | ৯ | ৫২ ইং

# ৯

## 'ৱাম্ভজরী'

পৃক্ পৃক্ শৌরবা কোঙ্গোলনা ওকৃশমৃ তোংদম্ থিল্লবা
ঙাঙ্‌ৈলনবা গ্লাসকী মরুমদা
ৱাম্ভজরী ঐদি তায়োম্নরবা মালঙ্‌দা।
কদায় সমাজ, কদায় চংনবী, কদায় ইজাতিগী মর্য্যাদা
কাওখ্রে ঙম্না, তায়োম্নরবা মালঙ্‌দা ॥

মিং উইরুম্ শাংথ-লেংথ, কোঙ্গোল্ মুক্তারক্তা অরঙ্‌বা
ৱাম্ভজরী, লেকৃথজরী, তথক্ তথক্না
ঐদি তায়োম্নরবা মালঙ্‌দা।
কবিগী লৈকোন্দা শাংচবা লৈরাংস্থ
কবিতাগী নায়কস্থ, ৱাম্ভখরে ঙম্নাঃ

লেকৃথখরে, কোঙ্গোলনা শৌরবা ঙাঙ্‌ৈলনবা গ্লাসকী মরুমদা
তায়োম্নরবা মালঙ্‌নি
উরখরমে ঙম্ন তৈত্রেনা
লেকৃথরখরমে ৱাম ৱাজ্য
ওকৃশম্ য়ৌনা কোঙ্গোল কারবা গ্লাসকী মরুমদা

মিং উইকম্ শাংথ-লেংথ, কোঙ্গোল মুক্তাবক্তা অরঙবা
তথক্লবা মিংসিন্না উবিদো,— কবিনো—
মীবোন্ অমা লোনবদা মমল লৈতবা ক্লাসিকেল
ওল্লকলে তপ্পা তপ্পা নবাবী জগোয়
লৈনা শাবি, মিং থব্লি লক্ষ্ণৌগী নবাব্ ।

পক্ পুক্ শোববা কোঙ্গোলনা চক্শম্ তো দম্ থিল্লবা
ঙাওৈলনবা গ্লাসকী মকমদা
রাস্থজবী ঐাদ তাযোন্নববা মালঙদা ।
শিথবক্লবা অবাবা মৈতাল, পীচমদ্রে মতিক্ চাবা মৈচাক্
চুমদ্রে ক্লংশিং চেনবা চুমাই, তাম্মোক্লবা শিথবকপা ভান্তি

রাম্থবে ওম্না কোঙ্গোল মুক্তাবক্তা অবঙবা
লেক্থববা হব্চা গী উইথববা মিংমাঙদা লেপ্পীবা,
কনানো নখোযবু -- থাডশা, পাযবা।
ওঃ— খাগেম্বা - গবিব - চাংথ খোম্বা - গম্ভীর - নব
কবিগীনো নখোযনা লাঙ্তক্লনা য়েংলিবা— ?

নখোয়গী ঈবিক্লা শেমখ্রবা সনা লৈবাক মনিপুর
খল্লববা লুপখ্রনি পুম্নবা লোক্লুংদা ?
কল্লবা কোয়বেং, থঙ্গাল, পাওনা
মঙক্ কত্তুনা ঙাল্লম্বা
কায়খ্রগদবা মচে- মচেং ?

ঙংলবা কোঙ্গোল্ লক্তা পঙ্থরবা নাকোংনা
তাবিবরা নখোয়গী খোল্লাও—
"লৈত্রে মতম্ অমুক, ভুকক্ ভুফাই চল্লনু মৈতৈ মচাশা
ঙমহৌবরোই মীমাল্লবা, নীংহুম্লরক্নু অমুক হন্না
ওষ্ঠোকপনি ! লুচিংবা য়াওব্রবা মৈতৈ মচাশা
বাযতুম্না চেল্লবরা লানফমদগী ।"

অহুবু 'কাম্নত্রে
ঐাদ পৃক্ পৃক্ শৌববা কোঙ্গোলনা ঙকশম্ তোংদম থিল্লবা
ঙাঙ্ লৈনবা গ্লাসকী মকুমদা
মিৎ উইরুম্ শাংথ- লেংথ কোঙ্গোল মুত্তাদক্তা
লেকথজবি নিঙায়বা লৈতনা
রান্নজবী তায়োন্নবা মালঙ্দা ।

---

* ইং ১৯৬৫ গী মানপুরী সাহিত্য পরিষদকী চহিগী
মীফমদা পাথোকখিবা ।

ইম্ফাল
৮ । ৪ । ৬৫ ইং

১০

# ক্বাক তানবা নুমিৎ

ঙসি ক্বাক তান্‌বা নুমিৎনি
আচৌবা কুম্মৈনি মৈতৈগী
খামেন্‌চংপা নিংথৌফি, বেসম ফুরিং শাইজোন্‌বা
পজেঙ্‌ ফিরান্‌ লৈথেৎপা দোলাই ফৈনা তোংলবা
লাঙ্গোই খুকপ্‌ থোরিবা সনা কোন্থু ওমলিবা
ক্বাক্‌শঙ্‌ মায়গৈ পাংলিবা, ফিজেৎ ফিদান্নরিবা,
মৈতৈ অঙম্‌ অথৌনি ; চু - তা - থাঙ্‌ থাগোন্না
করক্‌ করক্‌ ঈন্ননা বাজায বেঙ্গুন খোংহুনা
য়াঙ্‌বী শোরোক মনিন্‌ নাই,
পোৎলান—লৈশা— মৌশাদা তরেৎ শেঙ্গা খুবাম চাই
অতৎ অখম্‌ লৈতনা অঙম্বা খোংঙ্‌কাপ্‌ লাওরকলি
অয়েংবনা কয়ানি থোঙ্গান্‌ খুদীং মীরেপলি।
শোরোক্‌ কাগুপ্‌ থন্না লেপ্‌ মিৎয়েং লাইখল শাজরি
শামু তাইবোং থক্তা তোং
বজায় বেঙ্গুন্‌ মাঙ্‌দা চঙ
খোঙ্‌মী লান্মী লোইয়িন্‌ থন
লাঙ্গোই খুরুপ মচা ইন্‌

লোইক্লিন খমইন্ তুংদা ইন্
লমইন্ পেনা লাঙোই ইন্
কাইদ য়াংবী তুংইন্না কাকশং মপুং শ্লৌখবে
হরাও মথোই কানবে লাঞ্জিং পুরেন বোবিরে ।
কুমগী থৌশিল তৌখরে— খাঙ্গী খাঙ্হাই,
চুংগী জগোয়, তাগী তারোন··· ·
লৈবাক মিংকুপনদবে য়াদা হৎসিং খঙ্দবে ।
কুমগী কুমদম লাক্লবা অমাইবগী থৌনিবোল
কোলোয় শুনা য়াকৈবে—
চীঙ্ নোংদম য়েংনবা —
পাথৌ লাঙোই থৌবনা কাক্ থাক্ লমদম পাংখবে ।

চহি খুদীং লাক্লম্বা ময়াঙ্ কাক্তী হিঙ্গম্বা
চাক্থাক্ ফ.ল' চংখিবা কাক্কান্ খোঞ্জেল তাবদা
চাক্থাক্ ফজ লৈবাক্কী মায়গৈ খুদীং চেল্ল্বে
মমান্নবা ময়ামগা কাক্ থাক লমদম্ থল্লমলে ।
নোংমৈ খোঞ্জেল তাবদা পাথৌ তেনকাপ উৎদা
মায়গৈ শলাই খঙ্দনা শাগপ্ তোয়রম্বা কাক্শিংদা
ঙসিদি পাঙ্গয় য়াদবে— হেন্না নিন্না লাঙ্জরে
কাক্থাক্ লমদম্ চল্লক্রে— ।
কাক্শিন্ খোঞ্জেল তাবদা পাথৌ তেন্থু হৈবদো
লিকাপ মঙম্ শান্দরে— । ·

পাথৌ নোমৈ পায়বস্ল নোংমৈ গুন্দা থাংঙমদ্রে
যাম্বা নিষান্ চুমদ্রে ।
পাথৌ মণ্ডম্ পাঙ্দনা
ক্লাকনিন্ ক্লাকখোং' খংতুনা
যাম্বা পাথৌ তুংহন্না
লাবা খোঙ্দোই হুন্নকলে — ক্লাক্লা রারা নোকহৌরে
থৌগন্ পাও ঙাইবম্বা লাঙ্গী পুবেন্দা হন্দৎলে ।
অমাইবদা খঙ হল্লে
গতি মচিন তেল্লবা
লাঙ্গীং পুবেন পাথৌও চোৎতুনা খাঙলে ধিনতাং
বাবন কাপ্পা চৎনবা যাৎং মৈহুম মোবোর্ক্নি ।
হন্দক্কী, লাঙ্গং পুবেন্ খোঙশাপ্লে লাংগোই খুনেৎনতুন্না
অতুব্, ঙসিগী বাবন্সে, থাযংগী বাবন্ ৎইবমদ্রে,
মবোৎ তবা পাল্লমদ্রে মবৈ তবা পাল্লমলে ।
শ্রীবামগী ঐষিক্বান্ শেংযফদ্রব। ব্রহ্মাস্ত্র
মকোক্ তবা কেলহনখি ত্রেতা বাবন্ মহাক্কী —
মন্ত্র মযাই চমখবে ব্রহ্মাষ্টি, শোযখবে
ঐষিব্বান্ কান্নদ্রে ঙসিগী বাবন্ অসিগী
মবৈ নামা কবঙমদ্রে ।

অরাবনি মৈতৈ লৈবাক্

লৈবাক্ পুবা নিংথৌবেন বাবন্ লৈখৎ অমদা
পঙথযাই লাই উংখ্র তেনগী নিষান্ শোয়থরে

অংনুবা শাকু কাব্রক্রে- ক্ষেক্রেংনবা পান্থরে
স্রেক্‌মাই কবুই ভাংথবা
পান্নে হমাং অকাম্বদা ।

অয়োং নাহে কল্লৌবা পঙ্‌থ লাই উংনহনা
ক্বাকোই থক্তগী অরকুব্রে ।

ময়াঙ্‌ কাক্কা নিচ্ছে য়া য়া
য়াবন্‌ লৈয়েং তম্নানিন্‌ তাইবং ছয়ে তাদরা ?
মৈতৈ মমী ছামথরে ।

লুচিং থৌবম তুংইনবা থকসি খাসি নাইরিবা
তাইবং কাওনা ক্বাওরম্বা মাইকৈ নিম্না কিনম্বা
মৈতৈ পাথৌ অথৌবশা ।

লুচিংবনা শোয়রগা য়াবা নংবা মশিন্নি ।

পঙ্‌থ লাইউংনরবা হে পাথৌ লাঞ্জীং পুরেন !
অমুক্তস্থ লাওরকউ—
“চঙ্‌লকউ হে পাথৌ নহাশা !

মীনোক কাবল লাম্নবা তাম্নসিনে ক্বাকশিংসে
কক্‌লসিনে মরৈ তম্না য়াবনগী ।”

নথোয়গী লুচিং ঙাইরিবা পাথৌ জিশীং পাম্মোমনি
হে থৌনা ক্বরবা মৈতৈ লৈবাক মচাশা
অমুক্তস্থ লাওরকউ অমুক্তস্থ ক্বায়রকউ—

লৈবক্নুসি চোংথুনা থিন্ তাং
চেকশিন্না খল্লসি, মতিক চাবা লাঞ্জীং পুরেন অংথৌবা
ঙসি ক্বাক তানবা নুমিৎসিদা।।*

---

* ১৯৬৯গী মনিপুরী সাহিত্য পরিষদকী চহিগী কবচীং মীফম পাথোকখিবা

কক্‌চীং, ৫।৪।৬৯ খ্রী

## ১১

# ঋহৈ' সিমতা তাবিখো

কৈদৌবগে নহাক্‌পো
ঙাইহাক্তুমু মঙায়খো,
ঐগী ৱাসি, তাবিখো অমুক্তা

লোন্না, য়াম্না লোন্না নাপ চীক্লা
হায়জগে, অতৈ কনা' তা-হন্দনা
কনাম্নু থঙ্‌লোই, নঙ্‌ ঐ নত্তনা।

ঐগী ৱাসি থম্মোয়গী
নঙোন্দতা ফোংনিংঙী
ঙাইজরবপা তাঞ্জা, সিগম্বা

কুমজা কয়া লোইদাম্‌ কয়া হৌখবে
তুমিং শীংবুম কয়া'মা লোম্‌খরে
ঙাইওমদনা, ঙাইনা ঙাইনা লেল্লকলে

হায়সি হায়র হায়ওমদা
হায়ৱোই হায়র খোয়শাওনা
খাঙ্‌লকলি, থম্মোইমুংদা ফুমহনা;

ঙাইবখো ঙাইহাক্তা, তাবিখো অমুক্তা
হায়জখিগে লোন্না - নাপচীক্লা
থম্মোইগী ৱা - ঐগী আশা।

ফোংদোক্লীংবা খঙ্ হল্লীংবা

ফুমতুনা থম্বা - কয়া ৱাবনো,

তাবিনবা নঙবু ঙাইবা - শদৌ থোংলবনিদো ?

খজিক্তা, খজিক্তা তশীথখো ; খোঙথাংদো

ঙাইববোই, করে চৎনা-চৎনা মহায়রগে

তাক্লাশিদা মীবৎ নারৎ তাল্লকসিন্দা ।

হে তপ্থবা নাইদ্রবী

জেংকী খোঙথাংনবিবী

যবে তোক্লো, অমুক তপথবনু

ন'তুং ইন্না ঐহাকসু খোঙথা কন্না

চেন্না চেন্না কন্না চেন্না জেংকুম্না

মিৎযেং কাবল মরক্তা, তাল্লক্তা

লোন্না লোন্না না-চৌক্লা

হায়জগে তাবীনু ঐগী

কোংদোকচনিংবা, ফুম্বংননা লৈরকলবা আশা—

"নহাক্কী জাতিগী বসন্ত, অহল ওইবা মাইদ্রবা

অচুঙৈ নহাক্কী ঈবিক কযানা উফুল লৈ বিক খুদিং চঙখ্রবা

নঙগী পোরকম্ মালেম্ পোইবৈ লৈমবু কাওখ্রবরা ?

মখোযগীদি শান্নপোং ঐখোক্লীনা থরায়নি

মপোং নত্ত মপোংশা—পোইরৈ ক্ষিব্যাক কায়রহল্লি

ম্য়েক্লবদা পীথোকলি নহাক লৈরি নীংশিংদা, নঙবু থৌওই উশিন্না

নোংচুপ হায়মদা হংলম্মী মখোয়না নহাকপু [illegible] ?
নোংপোক হায়মদা হংনহৌই মখোয়না নহাকপু উরিব্রা ?
পোইরৈ মালেমদা হংনরি নহাকপু কদাঙ্গদনো ?

স্লেস্ যুক্তা জেং খোঙ্ নেংনরিবী
মালেম লৈকোয় পূংসিদা
ম্লাই, কানি থক্লং ম্লাংম-লাম্না
ঈস্কুশ লৈবিক্ খুদীংদৈ নহাক্ কয়া হৌপংলে।
নহাক্ লৈরি উহল্লু মালেম লৈকোয় পূংসিদা
মালেম পোইরৈ লৈমগী মীনোক ফুংশি তাহম্না।

নন্দন্ কানন্গী পাবিজাৎ লৈরাং পরেং
গ্রীক্ বোমগী "লোরেল" পরেং
মৈত্রবাকী "পজেং ফিরান"
ঙাইরি ঙকশমদা হুক্লবা
ঙাইরি কোকথক্তা উপনবা
ঙাইরি কোর্কখোন্দা খেৎনবা—
হে জাতিগী বসন্ত অহল ওইবা নাইদ্রবা
নহাকীনি পূম্নমকসি শিঙ্খা পাঙ্লবদি নহাকী
মালেম্ লৈকোয় পূংনা উরবদি নহাক লৈরি ॥

—:(0):—

[*] মোইরাংদা, চহিগী মীকমদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদতা পাখোকখিবা।

মোইরাং, ১৮ । ৪ । ৭০ ইং

১২

## কমল্লই নিংথৌ

হাইনা হুম্না পাঞ্জরী
ঐমুক চাওবা লৈরিব্রা ?
পোক্কফমদি মীথুক্তা—
লৈজসন্থু কৈদৌগে ;
চক্কা নাম্না চাহ্না
চরি তঞ্খৈ য়াম্লুবা
করি তোংজ লৈবগে ?
'সিদা ঐগী কোন্থুংনি
সলাম্ সলাম্ চঙ্লকই
ইখুং চল্লে হৌজিক্তি
কোইবু নাম্না ফম্দোক্কে ;
ঐমুক্ চাওবা লৈরিব্রা ?
ইয়ুম্ হায়বু অসিনি,
পোক্কফম্না কৈদৌনি..
ময়াং কান্নী হায়হ্না
মচিন্থনি হায়জবা ।
ঐন্না সলাম্ তৌরম্বা,
মখোয়না অমুক তৌররে

ইমাঙ্খিদা দৈ-তানা
খুরুম্‌দো উজরে ;
সলাম্ তেৌক্ষে ক্সারগা
সংগীন্ মতোন্ পীজনি
মপ্পাং কার্কী খ্বাইনখু
মখোয়না থিংবা গুম্বরা
চীংনা কোয়না পান্‌শাবা
পঞ্জোন্ মাপল. থুগাইরে—
হাওনা কোয়না পম্ভাকপা
য়েক্কু লাঙ্গোয় ওলহল্লে ।
ঙায়োক চফুন্দুংদগী
অমমম্‌তা লমহেন্‌বা
থাঙ্গী থাঙ্‌দোন শেংনগে
তাগী তাদোন্ লুপ্পগে ।
থাইদোক্ থাইজিন নিটিদা
মখোয়না থাঙ্‌বা-গুম্বরা ?
চিংনবনা থলহনগে
মখোয় মশেল থম্মসনু
থুমুগুম্বা মখোয়নি
মখোয় মশেল চীঙ্গজনি ।

শ্রীমা মতোম - চাপাদি--

ইখোঙ্ পায়বা কনাদা
ঐগী চেলা মখোয়দা
শরু শয়াংখুংবীনি।

নেন্নিন্ লিকাপ্ রাংমদা
ইদি আমিন লোংউপ য়েঁঙমদা'—
মালেম্গী স্বর্গ অসিদা
ঐদি নিংথৌ ওইরিদো
ঐগী খাইদোক থাইজিন নিটিনা
অপূনবা লীরী থদংনা
নে-ন্নিন অমা লৈহল্লোই
ইদি-অমিন্ পোকহল্লোই।

অরাবনি, অরাবনি—
পোইরৈ নঙ্গী নচাশিংসে
শরু সয়াং খরনা পেল্লবা
করম্বা কান্দা লাক্খিগদগে—
তাম্বোক্তুনা খিবোমৈ টিলান্ রাংমদা
তক্শিন্দুনা নিংথি অঙোচীং ফাওবা
মাঙখ্রবা শক্তম্ পোইরৈগী
পুরক্কবা লিংজেন্ মান্নবতু
মতমচুদা শেমগনি- মোংফমতু
লমচুয় নিংথৌগী
মতম্ কুইনা ঙাইরক্লবা।

ইম্ফাল, ২৩ | ৯ | ৭১ ইং

# ১৩

# ত্রম্লাই

ম[illegible]ম অত্রু যাচঙ্বান

ভুকু মুকু ম[illegible]নি

মযন অত্রু ত্রম্লবনা থনব[illegible],

[illegible] লাইন শত্রুম থাববা

মাযহোন থবেক বাববা

[illegible] হা[illegible]ন্না থনবা,

বোযচং চংনি মাগী নাগী জাগাদা

খাচেথা বাংলা থাংবান চংপদা

শন্নদবান খোতগা নৈবাক্কা।

হেনা জন্নদে মখোয মশেল

লাম্ভ খানৈ পেক্লৈ খিগংনৈ

উংনৈ, খিজো খিজৌ লাগ্গ মযাদো।

মত্র জোম জোম

তৌদোং মমায শগোল মনায়

মণ মকোক, হামে মকোক

যেন মকোব, য়োং মকোক্

শগোল মখুং, ভান্নু মখুং

ইবোই মখোঙ, শামু মখোঙ্ —
লৈচেং চাইবী নুংতুম চাইবী
ছুবী সঙ্গীন্ ফং ফা
থাঙ্পাক্ থাঙজৌ কয নি
মিংনা উবা, মিংনা উদবা
উবম্নগা স্বায মাঙখিবা
লোঙ্না লৈবা, যোংনা লৈবা
লোঙ্তা থাঙ্ নো মৈ
রিভোল্ভর পিস্টোল জিপো
চৈতুপ্ নুংতুম উতুপ ঋতুপ্
কোইপাই পাইবা জাগানি
মতম নাইদনা থোক্পনি
মফম নাইদনা লৈবনি
চেকশিন্না চৎল নাইতোম শাবা যাদী
তং মাঙ্ যেনা, মিং-না শিনা
চেকশিল্ল মতু শোনবী নুপী নুজা
খঙহৌদনা মাঙখি, খঙহৌদনা থোবকই
শেং শেং, তোপ্ তোপ্
তুপ, তুপ, ফং ফং
ঈখেংনা রা, তুহুনা লৈবমই নাহেহুনা
স্বায় মাঙখি, ওমশিল্লকই ময়াম্না

"থানা থানা" "ডাক্তর ডাক্তর"—
লাপ্তক্না লাওরকই লৈয়োয় লৈফাইনা
"কনানো লৈবাক্ নোমলিবা"
হে বুদ্ব ! মপাগী মরম্না ডাওবরা ?

——ঃ (0) ঃ——

ইম্ফাল
৩০ জুলাই ৭৩ ইং

১৪

# লগাউ-লগাউ

"অমুক্তং যেংগে দাযসে"

নোঙানবদৈ নুমিৎতা' ফাওবা

অতংপা লৈতনা নোম্লুবা

শেংপা চাবা নীং থ্রদে

হিবা মখৈদি মহিংই—

অতুবু রানা অরাংপনা থল্লা

"অমুক্তং যেংগে দাযসে'

ঙবাংতা' চংখি থোকচাওদি

মফি-মবোল না-ল্লি

অরাং অপা লৈতে

অহাওবতা চায় ঐথোযনা ফংদবা

থবক্ শুদে—নোমদে নোংমতা।

অতুবু মযুম মকৈ ফুবা দলান্

অমগী মথংদা অমা

মথং মথং লোনথংলকই

জিপ্, কাব মোটোর

মীনায় মীশন লেইয়িন্ খমংন্

ইনিন্ নিল্লি—ইথন্ থল্লি।
"অমুক্তং য়েংগে দায়সে"
মথোয়না হায়নৈ অওইবনি
পাঙ্গলনা তানবা লনবুদি
হেল্লি লৌশিংনা তানবনা
হুমাং' মন্না ফংবদি
চবা নোংথন্ হন্বনি।
নোম্বতনা হেঙ্গৎপা ঙমদে, হেঙ্গৎপা ঙমদে
মীমান্নবা ঙমদে, মীমান্নবা ঙমদে
মীথোই মীহেন্দে, মীথোই মীহেন্দে
নোম্ন; নোম্নগা তুংদা শুম্—
অরা অনা কোক্লবা
লৈত লায়র মাঙনবা
"অমুক্তং য়েংগে দায়সে"
"লগাও লগাও
"ঝঞ্জিদা" "ঝঞ্জিদা"
"মুণ্ডা দবল্
য়াওজ' লৈজ' লোইখবে
খুং-তংলে কৈস্নু লৈত্রে।
"অমুক্তংগা য়েংগে দায়সে"
ঐগী ঘরী ঐগী খুদোপ্

ঐগী ফুবিৎ, ঐগী কোট
ঐগী ফি, ঐগী খোঙ্‌পৎ

কদায় মহাজন্—শেন্দোয় হান্না
চামদা য়াঙ্‌খৈ চিংনবা লৈতনা।

অমুক্তগা য়েংগে দায়সে—
"লগাও লগাও"
"ক্বাক্তা" "ক্বাক্তা"
"থম্বাল দবল"
লোইনা মাঙ্‌খবে
পূমহাঙ্ হাঙলে কবিস্থু লৈদ্রে।

অমুক্তদি য়েংখিগে দায়সে
ভায় চাওবা কদায় চামা
য়ুম য়ৌবগা হোবেল হেক্তা
ভায় ভোম্বা— নঙোন্দগী চান
মথং থাগী তলব নহাক্কীনি
হয়েং পোইলা তাবিখনি।

অমুক্তদি য়েংখিগে দায়শে
"লগাউ লগাউ"
"য়েনশিন্দা- য়েন্‌শিন্দা"
'য়েনশিন দবল দবল"

ফাওরে ফাওবে মন্ধ তরুক লোংলে
শেন্দোন্ থুমদোন্ কোকপা তাবে ।
শেন্ লৌগে লুকথাজৈ
খঙ্হৌদে হুইশেল "ফিস্"
"থানা থানা" "এন্টি ● দা"
ময়াম পূম্বা রা-কায়্
লাইয়ুম মন্ধ পুলিস খুন্তা
অতম্বা শেল-কনাগী খুণ্ডা ?
চেন্দুনা হিংলে- নান্তোকহৌবে থানাই খুত্তে
লাইবক্না তমদবনা
লোইনা মাঙ্লে শেন্দোন্নবে ;
হুনাংমন্তা ফংজবনা
ঐগীদমক তমখ্রববা
অমুক য়েংখিদ্রা দায়সে ?

——:(0):——

* ১৩৭৫ ইংগী সাহিত্য পরিষদকী ৪০শুবা চহিগী মীযম কবি সম্মেলন এম ডি ইউ দা পাথোকখিবা।

ইম্ফাল, ১৮ | ১ | ৭৫ ইং

## ১৫

# একা ক্লাস

শাখি হায়নৈ ক্লাস মাণ্ডব
একা ত্রেন্ ব্লফ ব্লাইণ্ড কয়ানা
ঙসিদি সেকেণ্ড সাটরডেনী
চংলুবা ভারি ইবোমচা খোইদা
ওইহ্লনা মখোঙ্ লেঙ্দবা
ঙম্ব্রা য়েংগে বিলদিং হৌবা।
ঙম্না শুরে কোয়না ফম্লে
কনাস্থ রাৎত্রে, হায়নবী থল্লে—
ঠিকাদার তোম্বা, কোটি চন্দ্রহাস
খোইবা কেশিয়ার, চাওবু আমিন
হেদ্ ক্লার্ক মনি, বাবু ইঞ্জিনিয়ার
দাক্তর হরি, চোলো তুকান্দার
স্নাখ্মা গপ, তোম্বী মরৈ
মাধব ব্লফ, ইবোমচা মরৈ
দাওনি মোবা, সিগনেল মোম্বী
হকচাং নোংপা লোইতাম কোম্বী
অরাৎপা নৈত্রে হায়নবী শুরে
অপাম্বা পূম্বা লোইনা ফংলে
মমলগী রা বেরা নৈতে
মঙা, তরা, চামা নোট্না চাইরে।

ইবেতোন্‌গী কা-মতপ্তা লুপ।
তমুগী-চা, কপ্তা মথায়
তোম্বীগী চুরুট টুপুদা মঙা
খুম্ভুগী সেন্নাব-চামদা মঙা
মঙা চং, তবা চং কুন্দা সো
ব্লাইণ্ডা চাখ্রে গুলাম্‌ ব্লক্‌না।
একা ট্রেন্‌ কনব বাউণ্ড কান্নখিদ্রে কনা
চা-না খুজিংঙই, দবল দবল চংনবে
বোর্দ নাকন্‌—মোটনা চীং ওইবে।
ঙম্না লোইখ্রে, লমওনজৈনা তাল্লকপা পৈশা
হিকথখবে চাওব্রু আমিন্‌
তুমখ্রে ঙম্না,— থবক্‌ তৌদনা শাবা বিলগী পৈশা
ঠিকাদাবদগী মৎলকপা ইঞ্জিনিয়াবগী পৈশা
কূবে কেসিযাব – যাওখ্রে সবকাবগী শেল
লোযনখবে শেল্লেপ্‌ মাঙ্‌লে ক্লকান্দাব
বদাযদনো হেদল্লার্ক বৈদমো ডাক্তব
ঙম্না তুমলে ঙম্না তুমলেঃ মাধব ব্লকনী একা ক্লাসতা;'
ইবোমচাতদি চনীং তোঙ্‌ব্রে
এৈগী বিলদিং আকাসতা পাইখ্রে ॥

——ঃ( 0 )ঃ——

ইম্ফাল, ৭।৮।৭৫ ইং

## ১৬

## করিনুংগীনো ঐবু করিনুংগীনো

নেতানি ঐহাক্তি ঐনা শেমজবা
ওইদবা য়াদে পার্টিগী মীরেপ্তী
ফংদবা য়াদে পার্টিগী টিকেট
ভোটকীদি কিনিঙাই শুক্লৈমক লৈতে
ঐগী রার্কর, ঐগী শেল, রাংপা লৈতে
চাকথুম লীংলে মুমিং শিংবুম কয়ানিদৈ
চা কোফী কয়া অঙৈংবা অশাবা
অতিঙবা অতাওবা অনোইবা অঙোবা
য়া যা, রা রা অহিং মুংথিল নাইদরে
পুজারীগী খারৈ চেগপ, খোঞ্জেলনা
য়েনশাং শেন্মী লা য়াংপীগী য়ারানা
নিল্লে নেতাগী য়ুম ভোটকী ঈরাংদা,

নেতানি ঐদি ঐনতা ওইজবা
মীখন্দা লেপ্পা ঐগীদি কারবারনি

অহিং মুংথিল তাম্নরী পার্টি টিকেট
অয়ুক খুদিং অচৌদা হায়বা লেপ্পে
তোম্পোক্তা হায়রুই মুংথিলসু তোক্কে

প্রসিদেন্ট সেক্রেতরি হায়রুই মুংদাংদৈ
কোয়না শুনা চৎলুই কোমিটি পুম্বা।
পোথাদে ঐদি লেপ্তে হোৎনবা।
মীরেপ কোমিটিদা থন্নবা য়াওদরে
ঐগী মিং পন্নদে মখোয় কনা।
লেপ্তবা য়াদে লেপকনি শোয়দনা
কান্নদ্র'স্থ হায়জরুবা আ— দিল্লিদা।

মুপামচানি ঐহাক্ য়াদ্রে হন্‌বা
মীখন্দা লেপ্লগে থোরক্লবনি
লেপ্লা তারে ফংদ্রস্থ পার্টি টিকেট্।
"নন্দ নঙ্গী কমদৌবা" "তাঙাং লৈত্তে"
কিনিঙাই ঐহাক্কী চহুমদি লেঙ্দে।"
"ইবেতোন্ নঙ্গীদি" "রাবীন্দ্র ইতে
য়াংখৈদি 'শোয়দ্রে।" "ইতৈমসি কমদৌবা?"
"শোয়ররোই, লেঙ্দ্রবনি লেঙ্দ্রবা"
মীগীদি তরা তরা য়েনখরে
লাওজে মীতিন্দা পাওজেনজে গাড়ীনা
চানবীয়ু ভোট পীবিয়ু ঐবু হায়না
লৈবাক্কী সেবা তৌজগে অমুক্তা।

তোকচদে খোঙনা য়ুম খুদীং চৎচবা
লোন্না (ফোংনা) ঐগীস্থ য়েঞ্জে তরা তরাদি

ভোটর মশীং পূন্না লিশিং তরাতবেৎ
ঐহাক্কী খবচ্চ লাখ অমদৈ তাদে
আশা তৌই শোয়দ্রে লিশিং নিপানদে
বেলিদা ঐগীনা হেল্লি মখোয়দৈ
পোত্থাদে য়াওজে লৈকায়গী হৌ পূন্বা
শোয়দনা কায় র্বার্করগী রা চূমলবা
বাবু কাববা মন্ত্রিদি শোযদবে,
ফানবা লৈরে এম্ এল্ এ তরা'মা
রাংপা লৈতে পৈশা গুন্দা কয়া'মা
ওইগনি লৈবাক্কী মন্ত্রি অমুক্তা।

নেতানি ঐদি ঐনতা ওইজবা
মশী থীবা হৌগ্রে হাওলে উপু'দি
মীবেপ তবেৎ' পূন্না ফংখি লিশি তবেৎ
কাখিবদো শুপ্পা লিশিং অহুমতনে
ঐহাক্কা ফংবনা খ্বাইদগী য়ামদে
য়াওব্রম্বী উপুদা শুপ্পগী য়াংথৈ
তরা ভোটনা লিশিং অনি ওইববা
ঐগীনা ওইরে খ্বাইদৈ মমল য়াম্বা
খোঙ্গান্দা লাওরৈ "অনৌবম ধাতু কা-দ্রে"
পূমনিন ঙিক্লে য়ৌরে নাকোং শীংজানা

লোইনা তাকুলে তুম্খ্রে লৈজবা ঙম্না
মীরেপ্পা পোরবা ঐগীদি ওইরে অমাত্তবতা

কবুই তোম্বী, দুকান্দার চাওবা
সনা মচাগী কাগী বিল' হোটেল কহাইগী
রাংলি পীগদবা বিল চাত্তরেং
ঙম্নমক্কা লিশিং কুন্দগী তাদে
কদায়দগী ঐনা থিরুগদগে
মেমতোনবীগী খুজি, সনাগী মরৈ
মেমগী খুদোপ, ঐগী লৌ, ঐগী জিপ্,
ইবায়গী ইংখোল, মামাগী দুকান
লোইনা বন্ধান্ মহাজন ধনঞ্জয় খুত্তা ॥
নাকোং শিঙজা য়ৈরে মখোয়গী খোল্লাওনা
হৌজিকসু লাওরি— অনৌবম ধাতু "কা-দ্রে"
করিন্নুংগীনো ঐবু খঞ্জে ইথন্তা।

কদায়দা লৈখ্রে পুজা তোবা মাইবা
কদোমদনো ইরাং থৌনিবী মাইবী
কৈদৌননি চৈথেংপীগী ফিরাল তরেং
অহুক মাম্বা রার্কর লোইনা লোংখরে
অমাফাও' উথিদ্রে থিরু'সু ফংদরে
নন্দো কদোমদা, ইবেতোন কদাইদা

ইতৈমসিনা কৈদা কনা হায়ঙমদে
অতুক য়াম্না তিল্লম্না লোইনা স্বাই মাঙখ্রে
বিল থৌবা মরি মবি অসুক নুংথিল
থোঙান্দা লাওবি "ঐখোযনা কাবে"
মোমোন্ নোক্লা য়েংজৈ ঐনা মায়কৈ থোন্না
লোংনা তাবে "অনৌবম ধাতু ডিপোজিং মংলে"
মীরা মীশা নাকোং থন্
"করি নুংগীনো ঐবু কবি নুংগীনো ?"

——°( 0 ):——

ইম্ফাল

ডিসেম্বর, ১২, ১৯৭৫ ইং,

## ১৭

# কদায়দা লৈখ্রে লুচিংবা

কদাযদা লৈখ্রে লুচিংবা।

নঙগী লাল্লাও ওাবদা ফৈজোম গুঞ্জা তাখৎনা

খুংস্তু থাঙলেন পাযহুনা মৈত্রবাক্ চোন্না তিন্নম্বা

কযা ব্রাংলি লাক্কদবা ?

(যে উ।) মৈত্রবাক্কী নী ংম্ যিবাল্ (ম চং মচেং) চীকখাযবে লংজা ক্বাকা

ংযুম মৈ থা বিববা, মবল মথুম্ মুনবিববা

লৈফমদৈ যাও ওানবাববা

মবোল থোক্‌খিদ্রে মৈত্রবাক'চাশিং পঙ্‌থববা য়াইনা

ফিজেং ফিগাই যুনা ফকচিন্নবা ওমজদ্রে লেঙ্‌ওংপা।

কদাইদানা নূচিংবা।

খঙ্ন খঙনা লুচিং ব্রাৎপনা মখোয মশেল হাৎন-থিন্না

মাঙ্‌হল্লি মমল য়াম্ন'মতম। অব্রা মৈশা খাওমদ্রবা

মকস্থীনা মবল ফোয়দৎলবা

য়েংজরী মমিত্তা মপি তানা লৃপখিদোব' মৈতৈ সমাজ য়েংবা

খোন্সিদা লাওজরি—"ইচা খোমদোন চেংনা যাল্লো।"—

হৌখিদোবে মতম্ য়াকায়রোগবা।

লাও লাও মৈত্রবাক মচাশা হন্নাইদ্রবা লীংজেন্না

কল্লহৌসিনে নশাগী ইজ্জং ইকাই খুম্নবা।"
কদাইদনো হে লুচি'বা
কয়া ব্লাংলি লাক্কদবা
কদাইদা লৈখ্রে লুচিংবা
মতম লৈত্রে যাকায়বোগবা ?

—ঃ (0) ঃ— –

১৮

# শম্বন্দা ফম্মী হংঙী পাওখুমদি ফংদে

মখোয়না হংঙী "নঙ্ কনানো ?"
ঐনা হংঙী— "কনানো নখোয়না ?„
নখোয়না হংঙী—"ঐখোয়না কনানো ?"
পাওখুমদি ফংদে, অমত্তা খুমদে।

শম্বন্দা ফম্মী — কোযনা য়েংঙী
কদোমদনো— কদায়দনো ?
"নখোযনা কনাগীনো" মখোষনা হংঙী
ঐখোযনা হংঙী—'মখোয়না কনাগীনো ?

তত্তনা হংঙী – পাওখুমদি ফংদে
অত্তুবু পোথাবা লৈতে থবক্তি লেপ্তে।
ঙসি ওইবে নখোয়গী, চামিন্ থব্মিন্নবে
হয়েং ওইনি কনাগী ? নাকন্দা ছুবী থিল্লমল্লে
শম্বন্দা ফম্মী— হংঙী—পাওখুমদি ফংদে
পোথাবা লৈতে— চেল্লি চোংই পোথাবা লৈতে।

---

ইম্ফাল— মে ১৬, ১৯৭৭

১৭

# কোন্নুংনি ৱাংচাওরবা

কোন্নুংনি ৱাংচাওববা ফজরবা দলান্না থল্লবা
হৈকোন লৈকোল্লি নুংশি ফজ' হৈ-লৈ থল্লবা
পাক্ল'-চূম্ল'-লম্বীনি নাকন্দা উগী পবেং
লম্বীগী নাকন্দা উবক্তা থাল্লি থাওমৈ পরেং ॥

অতুঙৈ চৎখি লম্বীসিদা মুনি ঋষি কয়া
কোন্নুং তম্না নিংথেমগী শোন্দুনা মন্ত্র কয়া
নিংথৌওম্বা দলাই ফৈনা তো'তুনা
অকল অথৌ কযানি শগোল খুক্প থৌদুনা ॥

ঙসিসু চংলি লম্বীসিদা মীওং কয়া মখল কয়া
কোন্নুং তম্না প্রজাগী, লাওতুনা খোল্লাও কয়া
ঙসিসু চংলি অওম্বা কয়া দলাই তোংনা
চংলি ৱাত্তুনা অকল অথৌ শগোল তোংনা।

অতুবু ঙসিদি মথোয় পূম্বা মীগী কোক্তি পান্দবে
হায়েং মকোক শগোল মমায় গাধা মকোক কৈ মমায় ওইখ্রে।

কাবোং তাং ৯।২।৭৮ ইং

২০

# চমম্নবা মতমনি-চরাংনম্নবা তাঞ্জান

চমম্নবা মতমনি চরাংনবা তাঞ্জানি
কনাস্থ খঙ্‌দে কনাগী রা কনানা তারী
হায়ঙমদেনে কনানা, কনাগী রারী শারী
অমনা অম' শীংথাদে, মপু পাস্ত্রে মনাই লৈত্রে
খুদোংচাবা লৌনরী অমনা অমদগী
লৌরি খুদোংচাবা মনাইনা মপুদগী
মপুস্থ লৌই খুদোংচাবা মনাইদগী
খুদোংচাবনা মরুপনি, শাগৈনি, ঙাইনি;
খুদোংচাবদা মরীনি মতানি, পার্টিনি।
খুদোংচাববু ফংদ্রবা খুদোংচাবা য়াওদ্রবা
মরী মতা, শাগৈ ঙাই, পার্টি ক্লব লোয়না মাঙ্‌খি
লোয়না তাকখি, স্বাই মাঙ্‌খি; শোয়দনা কায়য়ে পার্টি

কাঙ্‌লুপ কাঙ্‌লুপ সভা যাত্রা চংলি পরেং পবেং
কনানা লাওরি মাইকতা "অরিবদা হজিনসি"
লাওরি অমনা চোঙ্গাদা "ইনাং মাঙ্‌হনগন্নুসি"
খঙ্‌দে কয়াম লিবদা খঙ্‌দে ইনাং করম্ন তমগী
পৃথ্বীগী ইমাম্নবদি ইচিন ইনাওদি মতমস্নিগী

থাদা খোঙ্‌নেংনখরে, অত্যাদা য়ুম শাখ্রে—
ঐখোইবু লৈবা তারিব্রা— ফৈজোম খোংদাই শেংনা
তুম্বাদা ঈশিং থক্লা উচান্‌ মৈরা থান্না ;
গ্যাস বিজুলী হেন্দোক্লুনা সমুদ্রগী ঈশিংদৈ মৈ,
সুংশাদগী ঈশিং নোং থোকহল্লবা তাপ্পাসিদা ।
কদাইদৈ লৌকনি তাঙ্‌লবা তুম্বা উচান ?
মোইথাপ নাইনা কপত্রেং তক্লা খোংদাই কয়া শাঙ্মী
জেৎ প্লেনগী যুগ্‌সিদা (ঐখোয়বু) খোঙ না চেনহনা লৈখিদ্রা ?

চবাংনবা মতমনি চমন্নবা তাঞ্জানি
কনাসু খঙ্‌দে কনাগী রা কনানা তাবী
হায়ঙমদেনে কনানা, কনাগী রাবী শাবী
অমনা অমা শীংথাদে থকসি খাশি নাইদবে
মরীমতা শাগৈ ভাই, পার্টি, ক্লব্‌, লোইনা কাংখোং চাইবে
খুদোংচাবা লৌনরী অমনা অমদগী
খুদোং চাবমা মকুপনি, শাগৈনি ভাইনি;
খুদোংচাবনা মরিনি মতানি পার্টিনি
খুদোং চাববু ফংদ্রবা, খুদোংচাবা য়াওদ্রবা;
লোইনা কায়খি মরীমতা শগৈ ভাই পার্টি ক্লব
লৈতে ইজ্জৎকী রা, লৈতে ডিসিপ্লিন্‌ পার্টিগী ;
ভাকপা লৈতে হায়নখিরা, লোইনা তাকখি শাই মাঙ্‌খি ।

কাঙ্‌লুপ কাঙ্‌লুপ, অমম্বদা চংলি পরেং পরেং
কনানা পুবী লুপা খাও উংলি লোন্না
"ঐগীনিকো নংসে" হায়বী থেম্নী লোন্না লোন্না
খঙ্‌দে কনানা কনাগীনো, খঙদে কন্নায়দনো—
হাযনহৌই অসিন্নাইদা থেংগাইনরে লুপা খাও
জগোয় শাবে তম্নলাই, পুম্নমিন্‌ নিঙ্গে শ্যাও শ্যাও।
তসোমদা হায়নৈ চিঠি লাকলে ঠিকাদাব তোম্বা লিশিং য়াংথৈ
লৈবাক্কীনি থরায় কংলি তাকফদে পুলিস থানা
সিদগী লাকখ্রে লাখ অমা ওঝাগী তলাব য়েন্নবৈ
লাওবমী লৈবাক্কীনি তাকফদে পুলিস থানা।
তদোমদনা কাপথুবে পাখঙ, অহুম হায়নৈ লৌনমগীনি
শোন্নৈ হৈখ্রেদা অশেঙ্‌বতদি খঙদে— কবিগীনি?

চরাংনবা তাঞ্জানি চমম্নবা মতমনি
কনাসু খঙদে কনাগী রা কনানা তাবী
অমনা অমা শাংথাদে থকসি খাসি নাইদরে
হায়খিরা ডাক্তবে হায়ন্নীংবতা হায়নবে
খুদোং চাবতদি থা-নদে ঐগী মীগী খায়দবি
শাগৈ ভাই পার্টি ক্লব্‌ খুদোংচাবতনা ওইরি
সিদা চোংলি "ধিন তাং" খুদোংচাবা ফংনবা
অবেম অপা য়েম্ব্রোকলি খুদোংচাবা লৌনবা
ধিন তাং কর্তাল। খিঙলিভৈ সোমদা চুপলি ঈ খজিক খজিক
য়াখুন নাইদে ঈদি লৈত্রে চুপখিবনা খজিক খজিক

মৈত্রবাক্তী কদায় সনা লৈবাক লৈখোন ওল্লে
উন্তা তুরে রায়দা হৌরে খুদোংচাবনা দলাম শাখ্রে।

ঙমলরোইদ্রা ইথন্তা লেপ্পা! কেনখ্রবরা খোঙ খুং পুম্বা
ইপা ইপুদি লেপ্পম্মী—মশা মবেং ফন্না
ওইরবরা ঐখোয় পুম্বা মীতম্বাল. ঐগী নঙগী খায়র'তমসিদা
মীনা মতোং চাথ্রগা শরু শয়া়তনা পেল্লবা
ঐতগী খনবদা জাতিগী ইজ্জৎ কাওত্নুনা
চরাংনরবা মতমসিদা চমমনরবা তাঙ্গানিদা
মাঙহল্লেদো জাতিগী খুদোংচাবা পুম্বা
মমংলান্নবনা লৌবি খুদোংচাবা য়েং ওই থাক্তনা
হোৎনরি নয়ুম থুগাইগে, লুট তৌবি নঙগী ফৌগে
নহাক্তি চবাংনবি, থানদে অমনা অমা
য়ৈনৈ লাওনৈ নখোই মশেল অকনবা শানৈ লফুম্মা
মাঙখ্রে লিংজেল মান্নবা তাউনা লেপ্পা ইবাংদা।

চমম্নবা মতমনি চরাংনবা তাঙ্গানি
কনাস্থ খঙদে কনাগী রা কনানা তারী
হায়ঙমদেনে কনানা কনাগী রারী শারী
অমনা অমা শিংথাদে, মপু পান্দ্রে মনাই লৈত্রে
হায়খিব্রা ঙাক্তরে হায়নীবতা হায়নরে

থক শি খ শি নাইদবে, মফম খুদিং কাংখোং চাইবে
খুদোং চাবতদি থানদে ঐগী মীগী থাযদবী
লৌনবী খুদোংচাবা অমনা অমদগী
মকুপ মপাং শাগৈ পার্টি খুদোংচাবতনা ওইবি
খুদোংচাববু ফংদ্রবা ওইজববু ফংদ্রদি
মকুপ মপাং শাগৈ, ঙাহ পর্টি ক্লব লোইনা ম্যাঙখি
জাতি সমাজ ইজ্জৎ, চৎনবী নত্তে কনাগী।

ঙসিদি বাজাব বগুনি হযেংনা হবতালনি
কনাগী খুদোংচানবা ববস্থা শেন্দোং যংনবা
খঙজবা ঙমদে, খঙজবা ঙমদে মখোযদি—
খাদাংচাবা থিদ্রবশিং নোংমৈ চবা তাঙ্গবশিং
পুক্কী লান্দা— লৈবাক্কী, ঈবাং চঙদ্রবশিং—
ওইরিনে মখোয়গীদি খুদোং চাদবতা
ওইবিনে মখোয়গীদি অমাঙ অতা'তমা
হবতান খুদিং চানিঙাই ফংদ্রে— চানিঙাই ফংদ্রে
বগু খুদিং চবা হেল্লে -- চবা হেল্লে
হবতাল বগু কযাসে শেঙ্গাও পায়বস্থু শেন্দোংজৈ
পার্টিগীস্থু মওইজৈ— নেতা শাবস্থু মকান্নৈ
মাঙলিবদি মখোয়তনি নোংমৈ চরা তাল্লিবা।

তাওবি ঐখোয়শুম্বা-ঈচেলসিদা চময়ৱা
য়াওদ' য়াদে, য়াওদ' য়াদে চরাংনব'লক্কা

খঙজদে কনানা কয়া করি তোংলিবা
খঙদে শেন্দোংনা কয়া শেল্লেপনা বনাদা
হংজরি তত্তনা- ঙম্নরোইদ্রা ইথন্তা লেপ্পা
কেনখ্রবরা খোঙ খুং পুম্বা ফকচিল্লবরা বাখল পুম্বা
কনা কনাই মতেংনো কদোমদগী উপায়নো
অহোংবনা তোংবরা হোংদবনা মাঙবরা
হংলি অওইবরা হংলি পঙলাওলাওবা চোইরোল্লা
অমুকস্থু হংলি ঙমলরোইদ্রা ইথন্তা লেপ্পা
ইপা ইপুদি লেপ্লম্মী মশা মরেং ফম্না
ওইরবরা ঐখোয়পুম্বা মীতম্বাল মতমসিদা চিরবা।

হরতাল বণ্ডলক্সিদা মাইক্কী খোল্লাও য়ায়সিদা
পুলিস বেটন্, গ্যাস, নোংমৈলক্তা, অরোনবা গুলিলক্তা
খুদোংচাবা কান্নবতা থিরিবশিংগী লক্তা,
লমজিং য়াওদ্রবা কাংখোং চাইরবা রাজনিটিলক্তা
মরোল খোকলক্রবা চৎনবীলকসিদা
পোল্লেপফম্ খঙদ্রবা পান্দম লক্সিদা
পম্থুংফম লৈত্রবা হিন্দু ইশ্লম্ খৃষ্ট মৈতৈ ধর্ম্মলক্তা
পল্লেপফম্ খঙদ্রবা রাজনিটি সমাজনিটি লক্তা
চমম্নরবা মতম চরাংনরবা তাঞ্জাসিদা
ঐখোয়সে হকচাংদা ঈতোং চেল্লক্রবা।

উনতনা কুপ্লবা শরু পোলাং পুবিবা
াহবম খুদিং খুদোংচাবা অমাফাও ফংজদ্রবা
ঐখোয়সে কদোমদনো কদায়দনো কৈদনো ?
ঐখোয়সে কবমনো মফম কৈদনো কদায়দনো
অস্নুম্মক চেন্থবা তাবিববা কৌশিং ওইনা
শাজিন্নবা লুচিংবা তুংইন্না মায়কৈ ফাংনা চমন্নবা ?

ইম্ফাল, ৪ এপ্রিল ১৯৭৯

## ২১

# নীংশিংসি ওসি গম্ভীর নয়

খুংগু থাঙ্‌লেন খুতুম চেং
থাঙ্‌ চুংগোই জগোয় শা
মখা ক্রক্‌ চিক্কুনা
যেরুবা লক্তা হোৎচিল্লি
পাথৌ লান্দা থৌবদো।
পাথৌ থাঙ্‌দোন্‌ থক্কপী
মীকোক ঈচেল চেন্থবী
লাইজ ঈঙাং পাক্কক্‌না
মালেম ঈমায় চাইথবী।

খুত্তা তিমেন খুতুম চেং
য়েরুবৈ থবাক ঈবম ফাং
লাঙ্গোই খুরুপ থৌতুনা
য়েরুবা লাংলোই ঈ ফাংলি
পাথৌ লান্দা থৌবদো।
পাথৌ মাগী তিমেনদৈ
ঈখেং ঈফুং ফাওরকলি
ঈঙাং ঈচেল পাক্তরা
মালেম ঈমায় চাইথবী।

য়াম্নুং ইবুঙ্গো পোখাবীয়ু
ননাওমা লান্ ঙাচগে
য়েক্ল' মায়রোং য়াবদা
ননাওগী শাগল হিকথদ্রি
য়েন্দেম থারাম শোয়বগুম
লালুম চোমাই লৌজগে
ইয়া ! খাচঙ্ ঙসিদি
খুৎশু নোংথাং কুপ্লকলে
য়েক্লমজি খাইরকলে —

শানৌ! ইবুঙো চেকশিল্লু
য়াম্বা সোমদা থৎচিনগে
য়েক্লবৈ ঈ চুপ্পদা
তিমেন ঐগী পেন্দরী—
লাঙ্গোই লৈইনা চোংনা থৌহ্না
য়েক্ল থবাক ঈরমফাৎ লাঙ্গোই খোঙ্নেৎনরগে
ইয়া লৈরম্মু ঙসিদি
তিমেন তা তানোংলে
য়েক্ল কাংখোং চাইরকলে ।
নীংশিং নীংশিং, চহি তরেৎ খুন্তাকপা
ইচল-ইচে, ইমা-ইবেল, অশোল অনা কয়া

খুবাক্তা য়াইবী লেংহুনা আভা তম্না চিংখিবা
মথাদগী মচা মুন্দুনা তিমেন তাদোন্দা হুনখিবা
পীল্লিবা অঙাং কয়া যুম্নুংদা মোবোক থানা হাংখিবা
মৈতৈ জাতি মুংথংলগে—হোংনখিবা য়েক্লবা
কাওবা লৈতে' নীংশি নীংশিং-চেনশিল্লি লানফমদা অথৌব
অশিং অরাম্বাদা অকুংবা উনা কেনবগুম্
পাংথৌ থাঙ্ তা নোংলৈসক্তা অরা তেঙ্গোল হুমদোকখ্রে।

রাশকখিবনি লেংওন্দবী পাক্তা
কনগনি যেক্লবগী খুত্তগী
"মনিপুর ইমা মনিপুর।"
অনৌবা থৌনা লোয়ননা
হন্নাইদ্রবা পাথৌ'নিদো
অবা লাম্মী লক্তা মনিন নাইববা
মশীং থীডমদ্রবা কবো লক্তা
হোংচিনখ্রে নোংলৈ মুংশিংকুম্
কবম্বা লাম্মীনা থিংওমনি—পাথৌনিগী হন্নাইদ্রবা থৌনা।
পাথৌ অনি লুচিং ইন্না
থৌনা ফব' মৈতৈ লাম্মী
হোংচিল্লি—যেক্ল লাম্মী লক্তা
শোক্টথবী য়েন্দেন থাবাম
য়েক্লবগী লাল্লুম চোমায়,

কক্ল' কোকলেন্ কয়ানা
কুপলে লানফম হাঙদনা
য়েক্ল ঈঙাং পাক্লক্লা
লৈখোম থোকলে লাকম্ লৈমায়।

শানৌ মচিন মনাওদো লান্দা খৌব। পাথৌদো
মৈতৈ লান্মী মাঙ্জীন্ থা আবাম্বাই তেন্দি খোইবেনপাই
লাঙ্গোই খুকপ থৌহুনা লান্ তাল্লকলে
মনিন্ নাইব' আভা লান্মী যেক্লবনা কিনবা
পাথৌ মাঙদা লেপংমদ্রে শমজি .খাইনা চেন্নরে।
কাবা নিংথি ঈরাংমা অঙ্গো চীংগী নমলোন্দা
আভা লানমী তাকখবে যেক্ল মমি মুথংলে
কবো নিংথি ঈংবেন্দা শানৌ মচিন মনাওদো
য়েথাঙ্ ওইথাঙ্ চামজখি তিমেন তাদোন শেংজখি।
যেক্লখুত্রা তাখ্রবা মৈতৈ পাথৌ কয়াগী
নীংশিঙ্ তর্পন কক্ষখি কবো নিংথি তির্থদা।
ডাকচরে ঙসি লেংওন্দবী পাংকী রাশক্লো
য়েক্লবৈ খুত্তে কল্লে ইমা লৈবাক মনিপুর
চীংবুবোই তম্বুরোই খোন্না পাইরে নীংতম ফীরাল।
মন্নুং হাওনা কিনবা অরাং হাওনা মিপাইবা
শানৌ মচীন মনাওনি মৈতৈ লাঙ্গীং পুরেননি

চীংবুরোইনা লোইহাবা য়েক্ল অরানা খৌরবা
সনা লৈবাক মনিপুর মকা ফন্না পানবনি ।

সনা লৈবাক মনিপুর মুংশিরবী মনিপুর
চঙ্ জফম উপালনি চঙ্ জফম লৈত্রবশিংগী
মালেমগী স্বর্গনি শীংথানবী অছৈবনা
ব্রাত্ত পাদ' লৈবাকনি সনাদা তম্ফা থিনবনি ।
ভক্তশিংগী তুংনফম হরি ধ্বনীনা থল্লবা
দেব নৃত্য খোঞ্জেলনা পোইবৈ শীন্না নিল্লবা
পোইরৈ সনা পূঙ্গেযোল মচাগী লিংজেন্ পূল্লিবৈ
শানৌ নচিন ননাগুনা লাঞ্জিং পুবেন ওইবিবৈ
য়েক্ল' নীরু' কিনবা ইমা লৈবাক মনিপুর
পাথৌ শানৌ অনিনা লৈচিন খোঙনেংনখিবৈ
মতমগী চক্র লৈরকলে নিংথম কাম্বী চংলকলে
মৈতৈগী মুমিৎ তাবক্লে তোখায় তোখায় তাব্লিবৈ
মশাগীতা খনবদা কাওখবেদো মনিপুর
মখোং শোম্বীদরবা মৈতৈ নীংতম ফীরালদো
ব্রিটিশ নোংমৈ হুমদোকখ্রে মচাগী লিংজেন তোখায় তা
খোংজোম লান্দা তুখবে পাওনা সেঙ্গোই হৈরাং খোরক
কাখরে ফাসিগী শগাইথক্তা কোয়রেং থঙ্গাল
নীংতম লানগী অরোয়বা ঈরিক কং.খ্র য়াইস্কুল লাকপা

হুংশিরবী মনিপুর ননা লৈবাক মনিপুর
ওইরেদো মিনায় নাইথাং য়োংহল্লীং ফলাং চন্নবী।
তিন্ন' লীংজেন্ ৱাংলবা তোথায় তারে মচা মখৈ
খুরক্কী ঈনা লাই শারে য়ুমদাংবনা কৈ নারে
শরু শয়াং খরগী জাতি ইজ্জৎ য়োম্থোকওম্বা
মৈতৈ খুৎলি খরনা মীনায় নাইথাং ওইহল্লে
ইনা লৈবাক মনিপুর হুংশিরব। মনিপুর ।।
তোথায় তোথায় তারবা হিনাও শাবা য়াওদ্রবা
মৈতৈ পুম্বা জ্ঞান মাঙ্লে — য়াই চারে পঙ্থরে
য়েক্ন' লানকোয় চন্নকলে য়ুমলোন্ন'না লুট তৌরে।
ইতিহাস লামায় থন্না শীংথানরিবা মনিপুর ।।
মুৎথৎনবা হোৎনরি য়ুমদাংবনা তত্তনা
খুরক্কী ঈ লাই শাবা শাগৈগী মৈতাল অশিবা
ৱাতান্নরি শীল্লি য়েক্নবশিংগা লোয়ননা
মালেমদগী মুৎথৎলগে মৈতৈ কৌবা জাতিসে
মচেৎ মচেৎ ফক্তুনা থুগাইরগে মনিপুর
তুংগী মীনা হংনবা লৈরম্বরনে মনিপুর
লৈরম্বরনে মৈতৈ জাতি চুম্বরনে ইতিহাস।

মকম্থীনা মরন ফোয়দৎলবা য়াই চার মৈতৈলক্তা
অঙাওবনি হায়ৰীরবা মৈতৈ খুৎলী লক্তা
কিথুমপুবা শমশাংবা ফদি শেৎপা লুৱাওবা

মহাক্তনা লাওজরি তাবিনবা লৈতনা
কন্না কন্না ঙাঙজরি অহাঙবা অনিয়া ওন্দুনা
"উদ্রবরা শানৌ অনি মাঙলেদকো মাঙলেদো
হল্লকখোবা অমুক্তা লাঞ্জী পুবেন ওইরখো
অমুবস্থু লাওার লাওনা কংলা মায়কৈ ওন্দুনা
ইচা খোমদোন চেংনা য়াল্লো থাপ্লক্তবে মতমদো।
নোং মংদ' নোংথাংকূপলে অথাক অরাও তারকলে
ঙংলকলে মালং নিল্লকলে মালেম তাইবং হংনা তারক্রে
মুথংপা য়াবোই মুথংপা য়াবোই মৈতৈ জাতি
মৈতৈ জাতি মুংহনগে হোংনরিবা য়েরবা
মৈতৈ থৌনা থাওয়াদা লাল্লুম চোমায় কেনগনি
ঙসিস্থু হিংলি মৈতৈ জাতি মাঙনাইদ্রবা
হিংখিগনি মুমিংনা থানা মুত্ত্রিবা ফাওবা
লুব' তাঞ্জা' চিববা থোবকখিনি লুচিং লান্দা থৌবা
মাগী লমজিং ইন্দূনা মিবেনগুম্না মৈতৈ পুম্বা ।।

মাঙহনগনি য়েরু পুম্বা সনা লৈবাক মনিপুরগী।
মুংহল্লবা ঙমলোই মুংহনবা ঙমলোই মৈতৈ জাতি
ঙসিস্থু হিংলি মৈতৈ জাতি মাঙবা নাইদ্রবা
হিংখিগনি মুমিংনা থানা মুত্ত্রীবা ফাওবা ।।
অথুঙৈ কেনখি লালুম চোমায় য়েরুরুবা মৈতৈগী
খাগী খাম্রং তখেল অরা কায়তুনা চেনখি চীংলোন লান্না।

——:(0):——

২২

## নোংলক্কা খেবুচীং

তারি নোংনা অতৎপা লৈতনা
খেবু চীংগী শুক্লবা চীংদোন্দা;
অমম্বা লৈচিন্না কূপখরে উরৈবাক
কূংলবা নোংজু-নোংনা
অহাঙ্বা লৈতনা কূপখরে মালেম
অচোৎপা ফীজোন্না লৈতেংবী চীংলৈবাক
কপলকলে হীকহৈরবী খোম্থাংনা
তা-জরি ঐনা ৱাংলবা লায়াংথক্কা।

নামিবা লেপখরে, ছিনখরে লৈচিল
কদায়দা লৈখ্রে ৱাংলবা খেবুচীং
মতমগী মিংচৎ নূংগী খোঙ্গুল
কদায়দা লৈখ্রে কদায়দা লৈখ্রে
ওইখরে নাগুথেম ৱারী কূপখরে অমম্বা লৈচিলনা
তারি নোংনা তত্তনা খেবুচীংগী ৱাংলবা চীংদোন্দা।

---

# ২৩

# ঐগী আশা

ঐগী ৱাখল শুন্দাইশে
অমম্বা লৈচিলনা কূপ্পকল্লে
মুংলিবা আশা ধ্রুবতাবা
মাঙখ্রদবনে লৈচিল, লক্তা ?
হিবাল্লগদ্রা পাল্লবা ঈযদা
পুন্‌শি হিসে-- হিনাঙশাবা যাওদ্‌বা ?

নীংহন্নবা ঈবৈনা যৈরে
খামঙমদনা ৱাকয় লৈ-রে,
চাঙজো নাইদ' অগাম' ঈমাযদা
পুনশি চখন্নবা কেম-লগদ্রা ?
পম্বং চাংজো লেপঙমদনা
কূপখ্রবদা আশা ধ্রুবতাবা ?

হৌথিবা আশা মচানা
মপোক্‌ লাংলোন্‌ ওইখ্রবা
হিংহৌবিবা মমিনা
মাঙদা খোঙফম্‌ চোইৱবা—

করম্বা আঈন্ কন্বা নোংলৈনা
অমম্বা লৈচিলসে হুমখ্রগা—
ধ্রুবতারা উহুনা
লমথুংফমদা হিথাংবা
পুনসি'সিগী ওইববোইদ্রা ?

কন্না লৈইবে হিবাই হৌবে
পোল্লেকম্ থঙ্দ্রে— কঙাওনবে
কদাইদনো ঐগী চঙ্জফম্
কনাদনো ঐগী হাযজফম্
কনাগী মতেঙ্ কদাযদগী—
লায়ববা লৈহৈদবা তাইবঙ্দা
হাযজবনা থৌদা ওইববা
হাযজফম্না না-পঙলবদা
কনাদা অমুক কপ্লুখিনি—

অহুবু,—নঙ তনা হে হন্বা নাইদ্রবা আশা !
থম্মীযু ঐবু অহুগুম্বা মবক্তা
হোৎনবতনা শিঙ্গাং ওইববা
হোৎনজবা'সিতনা পেঞ্জবা
য়ৌদ্রবস্থ হিথুংফমদো ।
কনা লৈবগে পীবীহৈবা !

পীবীরো ঐগী থম্মোইদা রাখলসে
পোক্লবদি অমুক হন্না মী-ওইনা
পাঙ্ঙমদ্রবা আশাদো মপোকসিগী
পাঙ্জগে মথংগীদা··· ।

হে আশাগী হৌরকফম
নঙ্গী হনবা নাইদ্রবা থৌনাদো
থম্মোইদগী মাঙ্দবা মতম্ কুইনা
ওইজগেকো ঐগী লাইশোল ।
অঙনবা অয়ুক্তা লিল্লানা চোৎলবা
তদেক্পা নাপীনা শোঙ্বকুম নঙ্বু
নহাক্কী রাংলনা তেকখৎলবা আশানা
নঙ্বুতা ভান্বদা হন্বা নাইদবা
ওইজগে ঐগী পন্থুংফম্ ঐগী হে আশা— !

---

ইম্ফাল, তাং ২ । ৪ । ৭৪ ইং

২৪

# ঙাইবা তারি মীখুং লাকপা

পাক্লবা ঈয়ায়দা লেপ্‌লি
ঙকশম্‌ ফাও' ঈনুংদা লুপলি,
লাওরী—"ঈশিং খুজোক'মতা থকচগে"
ফংবা লৈতেং ঈরিক'মতা থকপা ফংদে।

লৈশুনা থল্লবা লৈকোন্দা লেপলি
শাংকায়রবা লৈরাং গুলাপ্‌ খুংনা পাইরি;
হায়জরি—"লৈশি'মত্তা হেকচগে"
খুংশা লেঙঙম্‌দে—লৈ'মত্তা হেকপা ঙমদে।

উহৈনা থল্লবা হৈকোন্দা লৈরি
মুন্না ঙাঙ্‌ল হৈনৌ খুংনা পায়রি—
লাওজরি— "হৈ'মত্তা হেকচগে"
পাম্ন'ম্লেংন লৈ, হৈ অমত্তা হেকঙমদে।

অরাংপা লৈত্রবা তাইবংদা, লাওবতনি হৈরিবা
য়াওদ্রবদা খুংনা—ঙাইবা তারি মীখুং লাকপা॥

---

কমরোং, ২৩।৯।৭৭ ইং

২৫

# কৈদৌঙৈ খোংদানি

মীবক্তগী মীথোই মীহেনবা হে পুরুষোত্তম্
কদাযদা লৈখ্রে নহাক্কী লাইবৈবাক্কী দেবকন্যা
ব্রাশকখিবদায নহাক্না ওইহনগনি মালেমসে স্বর্গধাম্,
যুগ যুগ খুদীং শাযোনবা ওল্লববা মালেম লৈমা

অহুঙৈ ত্রেতা যুগতা দুর্ব্বদল শ্যাম ওইবা
রাম ভগবান্ শাইযোন্দা মালেমগী মিৎযে খাঙঙমদা'
লৈন্নুংদা চঙ্খি দেবকন্যা সতি সিতা
হোংবা লৈতে, হোংবা লৈতে, লৈখি মালেম ওইহুনত।।

হে পরুষোত্তম। মীবক্তগী মীথোই মীহেনবা ।
কৈদৌঙৈ খোঙদানি লাইবৈবাক্কী দেবকন্যা ?
বসন্ত লাকলে, যেন্নী'হুস্লে, যুগাযনা শাৎলে
লৈনম্না হাবে— মালেমসে ওইরে স্বর্গধাম
কদাযদনো ফীশেংশেৎপী থম্মোয যাওনা শেংলবী
খাযনা শোন্নবিবী লাইবৈবাক্কী দেবকন্যা ?

ইম্ফাল জুলাই, ১৯৭৯ ইং

## ২৬

# বোটানী লৈকোন

খুৎশেম্গী নীংথিবদা
প্রকৃতিনা লৈতেংবা
বোটানী কুঞ্জবোন্দা
কোরৌহন্বা মশেক্না
হবাও মোমোন নোক্চবি।

ঙসি নঙ্বু উবদা
মথৃম্ মবাঙ্ হৌববা
থম্মোই লকা নুংশিদা
ল্লাৎপা লৈরি খন্বনা
ল্লাখলবু থাপ্পা পুবিবি।

চীংলোন্ মাপন্ নুংহ্রদা
চক্পী তুরেন তোর্ব্বান্দা
নঙ্গা ঐগা চৎপদো
কাওবা অমুক লৈতব্রা
মাঙদা শং শং লেপ্পরি।

অরাব' মুঙাইবদা
নঙ্বু নীংশিংদ' ঙম্দবে
অথাপ্পনা নক্লবদা
অনক্পনা থাপ্খবে
কনাগী থৌশিন্নো খঙ্দরি।
খঙ্জনীংই ঐহাক্না
কনানোনে নহাকপু
কপ্হল্লগা অমুক হন্না
অমুক্সু হন্না নোক্হনবা।
মালিকাদি লৈবাংনি!
খঞ্জবি নহাক্কী হায়না
খজিক্কং উনা লেওলকপা
য়েংলুবে নঙ্বু লাকপ্রা হাযনা
চেক্লা খোঞ্জেল তাকুবা
নহাক্কীনি খল্লুবি।
হায়বীয়ু হে কনানো
ঐগী থম্মোইব্ লমজীংলিবা
মিকুপ্নুঙ্দা কনানো
থাপ্লবা আবব্ মরুদা
"অল্লাহ আকবর" তাহল্লি।
অনক্পা মকুদ্যান্দা
ঐগুম্বা লৈরে খন্বনা
অচীকপা রাখল মাঙখ্রবদা
নাইতোম তাবা আরবীদো
মথন্তা মোমোন নোকচরি।

খঙ্নদবা 'লকসিদা
নোংচুপলোমগী সুপীনা
মতমগী মাঙ্গ শেগাদা
ঙানা থেংনা লেন্নানা
ঐগী মাঙ্দা চৎলরি।

বোটানী কুঞ্জ কাওখরে;
কাশ্মীরগী শালিমার লৈকোন্দা
কাবুলী কাশ্মীরী লেঙ্গোন্নখ্রে
নাইতোম তারবা আরবী
মিংকুপ্তুনা য়েংজরি।

গৌরনগর মপূংয়াই
চীংগোই তুরেল তোর্ববান্দা
বুরাশিব মশাইগোন্
মঙ্গা ঐগা কোয়বদো
মিত্তা শংশং উজরি।

মীনা থল্লবা বোটানী
অহাঙ্বা মদ্যান্নী ঐহাক্কী
মশানা নৌরবী বোটানী
নহাক্কুং লৈরন্নবা ইনাক্তা
বসন্ত য়েন্নাংনা থমগনি।

হায়বীয় নঙসে ঐগী কনানো ?
ঐগী' রাৎপা— নঙনা করি পীবনো
ঙসি বোটানীদা,— খঙলে রাৎলি অমদো
হায়বীয় মতু করিনো ?
নৈকা ফম্না শাৎকায়রি ।

নহাক্তব খনবনা
মতমগী শানৌ পামলুদে
ফজববা কুঞ্জবন
থন্না হাঙলে রাখলদা
ঐগী থম্মোই কায়হল্লি ।

নঙসে ঐগী কনানো
কংল মোক লমদমদা
লাইজ খিক্পী উপাল্লা
অঙ্গংবা উরুম পীবীরা ?
উনা পূংলবী নহাক্নী ।

বোটানী কুঞ্জ অথোইবা
বোট মাগুব ময়ায়দা
লমগী শানৌ কোয়বিবা
শাবী কনা শেগাদা
পাখঙ পুক্নীং মুঙোক্লে ।

লতা কুঞ্জ মরক্তা
শাবী শানৌ চীল্লোক্না
খোয়কম মোমোন্নবদা
বোটানী কুঞ্জ কাওজুনা
নাইতোম তাববা মেখলী

থাপ্লবা অঙ্গো চীংখোঙ্দা
কবো নিংথি তোর্ব্বান্দা
নীংশিংলকথি শমঙ্গোক লৈমা
উবকলে মায়থোং খোযকুম্নবী
থম্মোই খোযবাংনবে মেখলী

মন্দলে কোন্নুং মপূংযায
আভা লৈমা শান্নবোই
কবোগী বোয় নোযঙৈদা
আভা লৈমা নীংথিবী
কবম কাওশিগে মেখলী।

মালেমগী কোচিন্ কয়াদৈ
উপাল হ্নাপালনা তিল্লবা
মীরোল কয়াগী হ্নাখলদৈ
খৌথাক্ নাইদনা ফজহল্লবা
কুইনা পুন্শিরবী বোটানী

মফম' মদা লৈবক্মী বুমৈরাং
কদায়নো' খঙ হৌদনা লেপ্লুবে
আমাজন্গী তোব্বান্দা ঙরাং
ঙসিনা লেপ্লী শিবপুর
যেংলি মিংকুপ্তুনা মেখলী।

নোংপোক নেংচুপ তিল্লবী
খা—অরাং পূল্লবী
মায়কৈ তবা ছল্লবী
মিংফম্'হোংবা য়াদবী
নহাক্লীনে ৱোটানী।

তাম্না য়েংলে ফজবে
নক্লা য়েংলে নীংথিরে
ফজবা মখৈ পূল্লবে
হায়নী ঙাই অমুক লৈতরে।
করিগীনো হে মেখলী

নঙ্ তদি মুংগুক্ মুংজানরিবা
কাওরবরা নথস্তা নত্তে
থম্মোয় য়াওনা ৱারিবা
নথস্তা নত্তে, নথস্তা নত্তে
ঐস্থু লৈরি আরবী।

ইবোল্ ইবান্ তাক্রবা
ইযুম লৈবাক্কেই তাম্মোক্লবা
য়েক্লবনা ঙম্না মুলহৌববা
ইথম্বা নায়তোম তাববা
চঙজযম্ লৈত্রবা ঐহাক্নী।

রাকৎলুবে পৃথি, সঙাদা
লাওজকবে ইবৈবাক ইবান্‌যাইদা
তাবিনবা লৈবমক্রে কনা'নগা
তিংলক্রে পাম্বোম্ ঐগী মক্তা
নায়তোম্ তাববনি ঐহাক্সি।

ঙসি বোটানী কুঞ্জ যাযদা
তাবিনবা লৈত্রবা মাপঙ্‌দা
অমুক হন্না লাওজবি
হন্না হন্না শোঞ্জরি
নাযতোম তাববনি ঐহাকসি॥

ঐগুম্না নঙ্‌স্থু লাওবকলি
"ইবোন্ ইবান্ তাক্লবনি
নায়তোম তাববনি ইথম্বনি"
হন্না হন্না লাওজবনি
কনানা তারী কনানা লাওবি?

শুক্লবা বোটানী উবক্তা
মচীন্ পৈইনা, মমায় লৈইনা
ওম্না চৎখি — খুৎনা নাকোং মেন্না
লাওজবা খিবিক কনানা তাদনা,

কনা তাদনা, অহাঙবা আকাসতা তিনখি

নহাকস্থ লাওবে ঐহাকস্থ লাওবে
"ইবোন ইবান্ তাকলে
নাযতোম্ তাবে, নায়তোম্ তারে"।
মহাক্না খুম্লি, "নখোয়তা নত্তে

ঐহাকস্থ লৈবি, ঐহাকস্থ লৈবি"

ইবোন্ ইবান্ তাক্লবা
য়েক্লবনা ওমন মুলহৌববা
বোটানী নিল্লি আকাশ থন্না
য়েংউ মেখলী— য়েংউ আববী

লৈবিনে মখোয - চবি তৎলদশিং

নঙবু য়েংলগা, ঐবু উরগা
মাবু তারগা, ঐতা নত্তে খল্লগা
পাক্ল বোটানী তরঙ্দা কোয়বগা
অন্নাবা অনঙবা, ঐখোয়তা নত্তে থঙ্লগা

ভপ্পা, হৌনা, মেঙ্না, থোৎনদি

লাওবি- কপলি- নোকলি
তত্তন। হায়রি— ঐতা নত্তে
মাতা নত্তে— নখোয়স্থ লৈবি
বোটানী লৈকোন্ মাঙ্‌বা লৈতে
নঙ্‌ ঐতনি চৎখিবা য়াৰদি।



য়াচী ১৯৭৭ ইং

## ১

# থুংলবদা ৱাকৎপা

নওগী বব ফংজবে সনা ষাথং শাক্চবে,
শাবদ পুক্নীং লৈবাংগা বসন্তগী শীঙেল্গা
লৈপুন্ ওইনা শাৎচবে হেদোই হেবাও কাজবে।
নঙ্গী তাইবঙ্ লৈকোন্দা অৱা-খিবিক্ কাওবগ
ঐগী মাগী থোন্দুনা মীযাম্ মাঙ্দা লেন্নবে,
মিৎচি হাইনোক্ খুদীংদা লান্বা পাবে তাইবঙগ
অকি অথং লৈতবে হাযতুনসু লোইদবে।
নোক্নমচা ফাগিদা মরূপ ৱাখল তিন্বগা
ৱাখল লাযনা খুত্থাবে যজ পুন্বা তিনখবে ॥

২

নুংশি লীনা পুনবদি অৱা নুংশি তিঞ্জখি,
নঙ্গা ঐগা তিল্লবে ঐগী পীক্ল তাইবঙদা,
চান্ন'মিংচান্নবদি তাইবঙ্ থুংনা ফাওজখি।
ৱাখল লীশাঙ্, থাবকলে মাগী ঈচেল তিনবদা;
ঈচেল অহুম তিনবদা তাইবঙ্ মপুং ফাজখি,
তংন-থান লৈতনা হীবী মানা কোন্বদা

মালেম লৈকোয় পূংসিদা অরা খিবিক মাঙ্‌জখি
ফজবতা খন্‌বনা পুন্‌সি থৌদাং ওইবদা
মাগী শৈরোই তান্‌বনা নঙ্‌গা ঐগা পেঞ্জখি ॥

৩

হে-লৈকোয় মপুও! নহাক্কী খুংশেম চারনি
অরান্‌ লম্বী খোঙ্‌দ্রাবা মপু নঙ্‌না কনবায়ু
থাগৎ ৱাঙাং কয়ানা লাল্‌হন্দবা নিজরি।
য়াথং থৌদাং পাঙ্‌জগে থৌজাল লাইজ খিকপীয়ু
লোইবা খম্বা লৈত্রবা পাক্ল'ঈপাক্তা মতমগী
বিনা খোঞ্জেল তা-দনা ঈয়ায়'নুংদা লূপ্লসু
পুন্‌শি থৌদাং তৌবদা অকি অখং লৈজদ্রি।
নোংলৈ মুংশিং কনবনা লম্বী লম্‌কুরসু
নঙ্‌গী বর মঙালনা নুঙাইবনি খঞ্জরি ॥

৪

মানসিগী নাপ্পদা অমরাপুর লৈকোন্দা
নঙ্‌না চেংনা থম্‌লিবা সনা থম্বাল্‌ উজবা,
মিংস্না মায়খুম শুইখরে তাইবঙ্‌ লৈচিল মরক্তা
নীংজরিনে লকাদা ৱাখল মিংথৈ মাঙ্‌দবা;
শান্তি কুঞ্জ পাওপুবা মির কাসি খোঞ্জেলদো
চীংলোন্‌ মাপল্‌ লান্দুনা মালঙ শউম্‌ থেংলবা
মিৎস্না তগৎ পাঙ্‌জরে ৱাকচীং কাম্বা মখাদা;

চবৈ ফিজোন্ শেম্‌থুনা হৌজবগে শিন্থাবা
চীংদোন্ সাগর লাল্লগা য়ৌজবক্কে লৈকোন্দা ।

৫

ঈচেল অহুম্ শুবম্বা ঈচেল ফাংনা চেনখরে,
ঐগী তোবৈ হল্লকপা ঙম্‌ল-চীংখোঙ্ ঙাবদা
কবম্ কানি চীংথক্তা, ঈচেল পাঙ্গল মাঙ্‌খবে
মতেঙ্ নিগে খল্লকই নঙ্‌গী মাগী ঈচেল্‌দা
কদায় ! লম্‌থাইখিবনা মখোয় কনা উখিদ্রে।
নাইতোম্ তাবা ঐহাক্না লৈ-শিন্দুনা খাঙ্‌বদা
ব্লাখল্ ঈহুল্ থিংঙমদ্রে চীংয়া নাকোম থৈইখবে।
সত্য কৌবা মৈবানা ঙালহল্লেনে থম্মোইদা
প্রেম কৌববী খোংলম্‌দা লম্‌থুঙ্ খোঙ্‌দোই তাঞ্জবে ॥

৬

চংন চংনা মম্‌লক্‌লে নোংলৈ ন্নুংশিং শিংলক্‌লি
অথাক্ অরাও খোংলকলে লমথুঙ্ য়ৌহৌবোইদবা ?
তিংখংনা শৌ শারবা খরায় থোঙ্গাল লানগনি
খুংলায় পায়বা থোঙঙাকপা ঐবু চঙ্‌হল্লোইদবা ?
নৌরেল খুত্তা পায়হনা ঈচেল থক্তা লেপচবি।
চাওর'উদ্যানম্নুংদগী বিনা শুরনা থ্‌ঙ্গংত্রা ?
ভক্তি থাঙ্‌শাং মমাঙ্‌দা প্রেম্ কৌরবী মহাকী

কবম্ খাঙনি থোঙঙাক্পা ঐগী লম্বী থাগেবা ?
মবুঙো যাথং তুংইন্না থোঙঙাক্ লম্বী পীজবি।

৭

অহিং মুংথিল নাইদনা মনি'ঈলং লংজবি,
অরা অনা যাংদনা পূরুীং খোযশাওদবব।,
কুম্লাং চুপ্পা মুঙাইবা শাবদ ঋতু থৌগলনি ,
আনন্দময়ী উদ্যাননি খৎন-চৈন লৈত্রবা ,
অনীংবদা রাত্তবা মপুই শান্তি লৈকোন্নি,
যন্ত্র শুব শৈহেক্তা জগেই খুথেক্ শুববা
হৈবাং লৈবাং চুমলবা কুঞ্জবোনগী লৈতেংনি
মিংফম হোংবা যাদবা শংবান্নবা শকহেনবা
নুবা থৌগল লোযীন্ও নহাক্তবু থিবনি।

৮

অঙব্পনি কবম লাকপা মখোয'নিসু লৈবম্লে
লম্বী লম্ফাংনখিবা অমুক হন্না শিন্নবনা
অমত্তা ওইবা শকওংদো শক্ওং মিতম্ মাঙখবে
তিন্নখ্রে বাঁশি শুবগা, ওইখ্রে বাঁশি খোম্থোক্
শক্হেন্বগী বাঁশিদা তপ্প তপ্পা চঙ্শিন্খ্রে
অমুক কামথোবকপদা, কোযকবে জগৎ থুংনা
মতিক্ মগুন্ শন্দোকউই ঐগুম্বদা তাকউবে
শান্তি শত্তম্ ওইজবে বাঁশি খোঞ্জেল ওইবনা
তিন্নবে'মত্তা ওইনা এনা পাম্বা ফংজরে।

ইম্ফাল , ১৯৭৯ ইং

## ২

# ওক্তবীগী থম্মোয়

I

পুনসি শিঙ্গাং ওইহনা
অতৈবা সংসাব অসিদা
অশেংবা ফংনি থিকবা
কূপলুবা লৌনম্ লাংনা
পঙ্খ্রবাঐসি কয়াদা;
পুর্নিমা থাজ লৈবিবা
চিক্লা ফম্না ঙান্দ্রনা
আমাবশ্যাগী অহিংদা;
অসুম হায়না থাজবা

II

ঐগী করি মরালনো ?
য়াম্নবা থম্মোই মবক্তা ;
অশেংবা লোৎলি থল্লুবা ,
করি মতৌ কৌবনো
থিজরুবা মতমদা
রাখল ফুরা নীংখায়রবা
মালেম্ কয়া পাক্পনো

পোলোই ঈচাও লাকপদা
পামজৈ লোইনা তাওখিবা।

III

নুমিৎ লৈও নুংশিবী
ঙসিদি নুমিৎ য়াম্লক্লে
কবম্ মায়গৈ ওন্‌গনি?
পাযমনুংদা ওৎচবী
কোবৌ মৈশা লাংলক্‌লে
কবি ৱাখল পোম্বানি?
বীশ্বকন্যা নীংথিবী
খুবৌ লাংনা ত থবে
লিক্‌লি মচেৎ তাবনি।

IV

মবোল লোন্‌বা জিবনা
মবোল থোক্ত, জিববু
কয়া লায়না শুন্দ্ৰৎপা!
থাজরুবা ঐহাক্‌না
অশুক্ পঙই হায়সিবু
ইবায় লায়না উৎলুবা
নীংবা কায়বা লীচীংনা
ময়েক্ লানা তাক্‌সিবু
ঐনা করম্ কাওসিবা?

V

ওইদ' কয়াগী মরক্তা
অওইবা লোৎলি থাজবা
মান্দনা মান্ন শাত্না
অরা মৈশা মরক্তা
আশা শান্তি ফংনবা
রাখল হিথাংলত্না
চন্দোন্ পাম্বী মখোঙদা
রাক্ৎয়ে লীথাং পুল্লুবা
তৎখ্রেদো ইরায় লায়না ।

VI

হৌখ্রবা মঙলান্ মঙ,ফাওবে
তাইবঙ্ ছীন্না ছাৎখবে,
তুক্কচ্ছ' মীচৈ মরক্তা
ঈবায় লায়না তিনখবে;
রাখল মৈবা মুৎখবে
থল্লক্ৎলে ওইদ' ঙাক্তা
লাম্হোক্লকপা ঙমদরে
থাদোকখ্রো লাওরকলে
লুপখ্রে অকায়বা সাগরদা ।

VII

ওক্লবীগী থম্মোইদা
ছুংশিবা লৈরি থন্'শিন্দি

থাঙ্গৈশেংনা লানববা ?
মতৌতমক্ মান্‌বদা
অওইবনি খন্‌বদি
থাজগন্‌বা ওই'নবা ?
ঙসি মপুই নোংমদা
ওইদ' ময়েং তাবদি
শেংনা লাল্লি তাকপবা ?

VIII

থাজবী হাযবী লৌনম্বী
নুংশিবী কৌবী শানৌৱো
নখোয়'নিগী কেনাদা
ফজ'পৃম্বা মাঙ্‌হনবী
অচুম্বা নত্তে খন্‌বৱো।
পাওহংগনি কনাদা
ৱাখল্ পোইবৈ তাদবী
কঙাওনবা ঈথক্‌ৱো
তিঞ্জখ্রো অকাও ঈপাক্তা।

IX

নোংলৈ ঈৱৈ মৱক্তা
মাঙ্‌জখ্রবা ঈথক্‌নি
খংগোন্‌বনা হুম্‌হুনা
থাজদবা তোৱৈদা

লৈইনা হুম্না তাওখ্রি ।
কান্নররোই থিংলুহ্নুনা
অরাবা শউম্ ফংবদা
নীংখায়হ্নুনা মাঙ,গনি ।
ওইদবনা শুক্ষ্ণৎপনা

X

য়েক্লবনা মীচঙ্ ওইররে
মখোয়বু শাওরম্' মাঙখবে,
নহাক্কী নতৌ উবদা
থাজবা পুম্বা মাঙখরে
চিংনবতা লৈহৌবে;
ঐগী রাখল্ পুম্বদা
খূবাক খূনা নোক্খবে
অচুম্বনি খলহল্লে
মখোয়না হাযবা খুদীংদা ।

XI

হায়রজসনু খনবগী
কাউথোক্কুণ্ডম্বা পাঙ্গলদো
মঙাল্ মমী ছামখরে;
অকাউবী কৌবী নহাক্কী
মীংশীংদবা কুণ্ডলো
পুন্সি য়ায়েক্ ওইনীংলে ।

ফংজগনি খঙ্লদি
কুপ্পগী 'উনা অমদো
থরায়সিগা শিন্নগে ।

XII

ৱাখলগী ঈচেল ঈহৌরে
নুঙাইতা' ঈনোং কারকলে,
অৱা' হিজাও হোনবদা
ক্রুবতারাস্থ মাঙ্খরে
পম্থুং তোর্ব্বান উঙমদ্রে
লৈইনা খাঙ্লে ঈয়ারদা ।
হিথুংদনা হিরাকূলে
তম্বীন'ফাও লৈতরে
ল্পখ্রে মন্ন' ঈন্নুংদা ।।

XIII

হৌখ্র' নুঙায় ময়ামদো
চিংন' নোংলৈ'মক্তা
চীংলোন্ লান্না হুমদোকখ্রে ।
তাম্না কৌবী চেক্লাদো
ৱাখলগী লৈচিল উবনা
লাকনা-খোংনা পাইথোকখ্রে
ৱাবনা থন্নুং থনুৱদা

পাময়েল্না শ্বর থিংবনা
য়েৎচরিবী কাইহোংদোরে ।।

XIV

গুইদবদি নত্তেকো
অরেপ্পা লৈতে উৎপনি।
মিৎয়া কোয়রৈনবনা
অমত্তা নত্তে তাক্পকো
অরেপ্পা লোৎপি খর'নি;
মীগী পুন্সীং শঙ্দনা
নুংশিরুবা ঐহাক্কো
লৌনম'পাক্তা তাউবনা
কয়াগী মতিক্ লান্থমি ।।

XV

ময়াম্গী গুইবী মবেম্মা
ঐতগীনি খলহনব।
অহুগুম্বা রাখলদো
গুইখ্রসহু সাম্রাজ্য'মা;
মহুগী চেক্পল্ অরাঙ্বা
চঙ্খ্রগা লাম্থোক্ ঙমদদো
গুইখ্রসহু য়োঁঙমদ ফম্'মা
থরায়সিনা চোক্থরবা
পামজত্রেনে চঙ্শিন্বদো ।।

## XVI

ময়াম্ পেন্ন' থৌরাংদি
লেপ্পা তৌন্নু নুংশিবী
পুন্‌শি থৌদাং ওইজরো
নাট্য মঞ্চ থক্তদি
লৈইনা জগোয় শাবিবী
তাইবঙ মীয়াম্ শুন্ধৎলো
ময়ামলক্ত' য়াওনদি
শাথেক্ য়েংবনা নহাকী
ঐগী পোথা' ওইজগে ॥

---

ইম্ফাল, ২৫ | ২ | ৫৯ ইং

৩

# অচীকৃপা ঈশৈ

১

থবক্ চিন্ন' হাঙ্‌লেদো
ৱাখল্ পোৎলুম্ পুঙম্‌দ্রে;
অৱা অনা কাউজগে
পোত্থাজগে মিকুপ্ 'মক্তং ।
বেনীখোয়দা চৎলেদো
কাঞ্চী লমদম্ পাংজরে
লাংথবাল্ চীংথক্ কাজগে
ফমজৈ' শাইগোন্দা ঙাইহাক্তং ।

II

প্রাকৃতি ঈশৈ লেপ্পদি
শীঙ্‌জন্ খুলঙ শৈশিঞ্জে
মালিকা লৈনম্ ফংবদা
তাইবঙ্ শীল্লম্ কাউজরে;
কল্পনা মাবু তানবদি
হৌদোক্ শৈশক্ মাঙ্‌খিবৈ
ফুঙাইত' শাথেক্ উৎবদা
শৈরেং মানা তেঙ্‌বাঙ্‌লে ।।

III

অকংবা উনাই ঈশৈদা
খংগোনবগী শাথেক্লা
রাখল্ পূক্লীং শুম্বাৎপা
করি হায়না থা সিগে ?
মরোল্ খঙ্দ' মহাক্কী
তাম্থোক্' খোল্লাউ শক্তম্না
অচীক্পা শরুক্ মাঙ্খিবা
মিকুপ্'মগী ওইজগে।

IV

কংল' রাস মণ্ডল্ পুখ্রিগী
ফজবা পূম্বা মাঙ্বনা
হোৎখ্রবা স্মৃতি কাউহন্বা
খল্লুদবগী ওইসনু॥

অকংবা উলা মরক্তা
শামোক্শিংনা চৎপনা
খংগোনবগী তেঙ্বাঙ্বা
নীংশীং শৈশক্ তাশনু।

V

নিল্খোংলম্বা কোম্লংদো
সংকির্ত্তনগী এরলিনা

মতম খর নিল্লম্বা
শক্তি কৌবী মহাক্তী
মাঙ্খরবা শক্তম্দো
থিজরুবা কনানা
রাখল্. মিংন্না উজবা
ওইসন্থু খঙ্নীংবগী ॥

VI

ঐদি অতৈ খঙ্গদে
ঈচিক্ হুল্ল' তাংকম্দা
অচীকৃপা শক্তম্ নহাক্কী
য়াওজগে ঐস্থু মহুদা
নঙ্গী মালঙ্ ওইজগে
লাঙ্ল' তাইবঙ্ শিন্শঙ্দা
রার' মীওই' কনাগী
তমজগে নগুন্ নাম্নদা ॥

VII

তাইবঙ্ শিন্থা শঙ্দগী
মতম খর ক্লাইহুনা
অরা অনা মাঙ্খিবদা
অচীকৃপা তেঙ্বাংজবদি
নহাক্ মকৃপু ওইজবদি
ফংঙমদবা ওইহনস্থু
নঙগী ঈশৈদি তা-খিনি
মহুনা থম্মোয় পেঙ্গ-নি ।

লাংথবাল, ২৬ । ৪ | ৪৯ ইং

৪

# শান্তি থিবা

ঐদি কবি শাবনি
লৈচন্ শুনা হৌরবী
প্রাকৃতি কৌবী নহাক্কী
থাগৎ কোলোয় শোনবদি
ঐগী পাঙ্গল্ রাংমনি;
ফজবী নাচোম্ শেম্লুবী
নোক্‌ফম্ তাইবঙ্ মচাগী
কিবা লৈতে ঐহাক্কী ।।

ছোবোক্তা খূন্‌বা চেজেৎকূম্
ভন্দবা কনা খুবাংদা
মিকুপ'মত্তং লৈজবস্থু
ঐগী লাইবক্ ফবনি ;
হাইফেৎ ঙান্‌বা নোংথাংগুম্
অমম্বগী শৈবাংদা
তাইবঙ্' তাথীবিরস্থু
ইকায়জদে ইথোনি ।।

ঙসি নোংজা অসিদি
অবাঙ্বা সহর থা-জরে,
মীনা হায়নৈ নহাকসে
অচীকপগী তৃংফম্নি ;
হ্বাখল্ পোরম্ ইন্নদি
নশাইগোন্দা থিজবে ;
অতুবু কদায়দনো অচীক্পা
মীওই' লক্কে লাপ্লবনি —

ঊজাও'বক্তা চঙ্লক্লে
চীংদোন্ অমা কা-জবে,.
"নিং-নিং" লাউবা হারীগী
নুংশি য়াৱা নীংথিবী
কুঞ্জ পুস্বা নিল্লম্লে ;
হাউনা' লক্তা হাইদোক্লে
য়েংখিগে করি লৈরি ?
কাখৎলে কোচিন্'মনি —

ৱায় ৱায় চেন্বা লাইজগী
খোঞ্জেল্তনা থন্থরে ।
কোচিন্ অমা লান্জরে
চীংগী লৈরাং হেক্চরে,

ওইবে লৈতেং ফূরিৎকী
মুঙাইবা থম্মোই পেঞ্জরে;
হায়দোক্পদি ঙম্দবে
চীংগী লম্বেল্ হাওরম্বেল্—

করি লমদম্ য়োবগে ?
মথঙ্ দা কবি লৈরম্নি ?
অথাপ্পগী ফবাংজি
—অনকপগী জঙ্গোল্‌রো !
চীংগী পাম্দা য়োকরে
ফৌনা চোন্না পাল্লম্মী
লফোয় লরূ য়াঞ্জরি
তম্বা কনা লৈতবোই ॥

নমান্নবা য়াওদ্রবা
প্রাকৃতিগী কুঞ্জদা
নথন্নতা লৈরিবা
পুন্সি শিঞ্জাং কাউদ্রিবা
থাগৎচৈ নঙ্‌বু হে তম্বা !
তাইবং ফম্বাক্ থক্সিদা
পূন্সি শিম্বা কাউদবা
খঞ্জরিনে অসিতা ॥

কাংচুপ্ ঈথৈ তোব্ববান্দা
থৌত্থ নুংপাক্ থকসিন্দা
নুরা নঙবু য়েংজরি।
ঙাইহাক্তস্থ পোথাদবা
নঙ্গী ঈশৈ তাবদা
থম্মোয় অসি খোয়শাওরেদো;
পোথাবী হায়বী মুঙাইবী
তাইবঙ্দা থৌদাংনা থল্লবা

ঙাইহাক্তস্থ ফংহনদ্রে
'সিবু মুঙাইবা কৌবরা ?
"হে তম্বা অতন্বা
খঙজৌ তাক্পীগে ঐহাক্
থৌদাং লেপ্‌হৈদে তাইবঙ্‌সে;
পূন্‌সি থৌদাং লেপ্লদি
তাইবঙ্‌সিগী রাংমদা।
ওইররোই ঐসি ঐহাক্

ঐগী ঈশৈ লেপ্লদা;
নঙ্‌স্থ নহাক্ ওইররোই
নঙ্গী নথৌ লেপ্লদা।
অরোইবা মতম্ য়ৌদ্রিফাও

ঐগী থৌদাং কাউফদে
ঐহাক্ ওইবা তোক্ত্রিফাও
কাওরগন্নু অসিতা
তাইবঙ্দা শান্তি লৈতেদো ।।"

"পাক্চাওরবা মালেম্দা
শান্তি লৈত' হৌনবরা ?
মীনা হায়নৈ প্রাকৃতি
নঙ্গী লৈতেং শান্তিনি ।"
"অরেম্বদা পঙ্লেদা
মীনা হায়বা থাজবরা ?
সহর মীরাউ' লক্কগী
লাক্লে কুঞ্জদা প্রাকৃতি

ফংজরবরনে নহাক্পু !
পুন্সি থৌদাং তোক্কুনা
নহাক্ ওইবা তোক্থোক্লো
শোয়দনা শান্তি ফংগনি ।"
"ঐহাক্ ওইরিঙৈদবু
শান্তি মাবু পাম্বনি
ঐবু ওইজন্ত্রবদি
শান্তি মাম্নু পামজদ্রে ।।"

"অহুনবু হায়বনি
শান্তি লৈতে তাইবঙ্দা;
পুক্লীংনা নীংবা মুমিত্তা
নঙ্গী শান্তি ওইখরে।

মবক্তা অৱাঙবগী
মুন্না য়েংউ অপঙবা
তাইবঙ্ পুম্বা মুংশিবদা
অচীকপা শরুক্ য়াওখবে।

অচীকপন্থু ফানবা
হোৎনজহৌ নথল্লতা
তাইবঙ্দা লৈনা ফংগনি
শান্তি হায়বী মহাক্তো"

"খঙ্জরে হে প্রাকৃতি
কিনা মুঙাইজরবা
নঙ্গী তম্পাক্সিদগী
থুঙ্গরে ঐনা খরদো,
মীনা হুন্দোক্লম্লবা;

তোকচরগে ওসিদৈই কবিশাবা
চানবীরো, ওইজরগে থাঙ্গৈশেংবা
নঙ্গী কুপ্পদা হুডাইব ওম্বা
তাইবঙ্বু মুংশিবা ওম্বা

লীচীংদো অমত্তা ঙাযবা
ফংজবগে অমত্তা ওইনা
মতম কুইনা লেঙ্দনবা ।

ঐহাক্না শান্তি থিবসু
থিজববোই অথাপ্পদা
ঐগী নুঙাইবা ওইবনি
পুন্সি থোদাং তৌবদা;
শান্তি অতু লাক্লসনু
ঐদি অমুক্ থিবখোই,
ঙসি ঐগী শান্তিনি
নহাক্কী লাইজ অসিনা ।।”

---

কাংচুপ, ২১ | ৮ | ৪৯ ইং

৫

# চক্পী তুরেন তোর্ব্বান্দা

চক্পী তুরেল্ তোর্ব্বান্দা
লেপ্লীবা নঙ্‌বু কনানো ?
হবাও মথেল্ ফাবদা
চীক্লা লৈবা করিগীনো ?
পাওহংজরি নথক্লা ।

কবিতা লৈবাং হৌববা
তোর্ব্বানথক্তা লেপ্তুনা
থম্মোই বিনা খোংবরা
মিৎয়েং তাম্না থমতুনা
য়েংজরিদো ইথক্তা ।

চীক্লবা ঈবেল্ অসিদা
অকীবা ঈনোৎ কারক্‌লি
থেঙ্‌লক্লবা অহিঙ্‌দা
মচেৎ ওইবা থাজদি
লংলবা লাইজ থক্কুদা ।

তারী' শৈহেক্ ঈথৈ' চাগী ।
হে মক্‌শীল্লবা থাজ
খোঙ্‌বীরো নঙ্‌সু বিনাদি ।
নিলহল্লো ঐগী থম্মোই
ঈথৈ' চাগী তাম্বাদা ॥

ৱাংব্রেন্ মানা কোন্ব লম্
কিজরুই থেঙ্‌ল্লু’ হিংদা
লাঙ্কুদরা ইবুধৌ—
অম্রুক্‌সু মাগী মঙালম্বা
মাঙ্‌হল্লি—‘অকি’ থম্মোইদা ।

চীক্লা লেম্না লৈরিবা
লাইজ থক্কী কোঙ্গোলশিং
অচীকুপা শরুক্ হেল্লহল্লে ।
নাকুল্ অনি মক্কুগী
লম্‌গী মৈরা অমনা

অকিবা শরুক্ হেলহল্লে ।
কিনা ফজরবা চীক্লবা,—
রাখল্ উলমুক্ ঈংহল্লে
লাইজ মাগী শক্তম্না;
মির লাইজ শৈহেক্লা

খোংহল্লে থম্মোই বিনা
উরে কবিত্রা মশেম মরাংনা ।
ফজবা উবদা হন্নাওবা
বিনা খোঞ্জেল্‌না নিল্লবা
শৈহেক্‌চরি থম্মোইনা ।

ভাবো হে চকপী তুরেল্ !
নঙ্গী লুর্' লাইজশে
ফজনা মির ঈশৈশে
থাপ্পবা সহব য়ায়হুদা
অরূম্ মৈচাক্ কংহুনা
ফমুং থক্তা ওন্‌থৈন্দা
খোবাং মৈচাক্ কোক্লগে
অরা মৈচাক্ খাঙ্‌নগে
থম্মোইম্নুংদা মাঙলরোই
ওইগনি পুন্‌সি বসন্ত
নহাকী লুব শক্‌ফম্না ।

---

চকুপী তুরেল গুপ্ত
তাং ১২ | ১ | ৫০ ইং

## ৬

## বনভজন বাংব্রেন্ উমং

তরা মচা তিন্দুনা
বন ভজন্ চৎপনা
ঐগী লমজীং ওইহুনা
নঙ্গী শক্তম্ উজরে।

ল্‌রবা লাইজ ঈরোম্নুং
কিনা ফজর' শক্‌ফমসে
থম্মোইহুংদগী মাঙ্‌লরোই।

হৌখ্রবদা পুন্‌সিসে
অনৌবা মরুপ্ মপাঙ্‌না
হুণ্ডাইবা পুম্বা পীরবি।

অনৌবা আশাতনা
পুন্‌শিগী তাঞ্জা খুদিঙ্‌দা
নৌহৌনা রাখল্ শেমদোক্‌লি।

নহা ওইবা কয়াগী
থাগী জোগায় কয়াদা
অনৌবা রাখল্ পোক্‌পসে

থম্মোই ঐনা পামজৈনে
পুন্‌শি পোলোই মতমফাও
নঙ্‌গী দমক্তা লেপ্‌চগে।

মমাঙৈগী আশানা
নঙ্‌গী লোংখ্রবা নগুন্দো
থম্মোইনুংদা ফোঙ্‌লরে।

লৈশেম্‌ঙৈগী তাঙ্গাদা
নঙ্‌গী থৌদাং পুখিবা
ঙসি ফাওবা থুদরি।

অশি' থোঙ্গাল্‌ হাংবদি
তৌজবা মহৈ চাহন্‌রা
থৌদাং লেপ্পা লৈতরি।

নঙগী নতৌ তম্‌হনা
মীওইবগী থম্মোইনা
অমত্তা ওইবা রাখল্‌না

নঙ্‌গী নগুন্‌ থাহনা
শেহেক্‌পদি নীংথিবা
মীওইবা জাতি লৈরিঙৈ

লেপ্পা কৌবা লৈরৱোই
শিন্নখিনি মথং মথং ।
নঙ্গী নতৌ তম্থুনা
মীওইষগী ৱাখলস্থু
তাইবঙ,সিগী পোল্লোইফাও
ঈচেল্ অমুক্ হোংলরোই ॥

---

ৱাংব্রেন্ উমং শুগ্ন
১৩।১।৫০ ইং

৭

## মীগী ওইখ্রবীদা

ঐগী ওইহৌদ্রবী ওইগনিসু থাজদ্রবী
মীগী ওইখিনি তাখদা
মীহৌইনে থম্মোইদা;
কুরা ইনেম্ মচাও! কল্লকৃচাওবা ঐহাক্তী
নপাম্ লম্‌দা লৈবনা
হয়াওজৈদো থম্মোইনা।
নপাম্ লম্‌দ' উদ' তারে ওইখিবা তারে মীগী
থল্লুবদা চমম্লরে
সুংবঙ্‌নরে থম্মোইসে;
"কল্লকৃপনা থিংজনা মিহৌবনা ওৎপদী
করি মতৌ কৌবনো?
লৈকা ফম্না শাৎপদো
লৈগী লৈখোক্ অমদা লৈরাং চরোং শাৎপদী
থম্বাল লৈরাং ওইবনা
য়াগদগে করম্না?
থল্লুবদো চুম্লরে, লৈখোক্ অনি লোঙ্‌বদী
থম্বাল্ মনাং নৎলম্‌দ্রে
ঐগী পুক্নীং মঙ্‌ফাওরে।

পুখ্রি য়ায়দা শাৎপনা খোইমু মনীং তৌবদী
চাংজৌ মাপা খিংজবা
লাইজ মানা য়েংলুবা—
করি মতীক্ লৈবগে ? শুরু শুরু নৈহৎলবী
লৈমন্ চন্‌বী মহাক্তো
মুংশিদবা উম্‌দেদো ।
লৈমন্ চন্‌বী মহাক্তো অমুক্ লৌজৌ হায়রদী
করি হায়না খুমগনি ?
মহৌশাগী ঈচেল্‌দি
মাঙ্‌বা নাইদ্রি হৌজিক্‌ফাও ; নোঙ্গবগী মীচৈদী
তাইবঙ্ ছরা ছন্‌খরে ;
পুন্‌শি ৱাখল্ খাওতেক্‌লে
থম্মোইতমক্ হিংহৌরে, মুংশিজবী মহাকী
হৌখরবা পরেংদো
মুংশি খুদোল্ ময়ামদো
মতম্ ঈচেল্‌দা তাওখিবা থম্মোই মায়া তান্নরী
তিন্নজগে হায়রুনা
ফংলক্‌খিদ্রা খঙ্‌উম্‌দ্রে ।
নীংবা কায়বা ৱাখল্‌দি হৌজিক্‌মক্তা ওইজরী
হোংবা নাইবা জগৎতা
অৱাবসি কাউনবা

কনাগী মতেঙ্ লৌশিংগে? তান্নরিবা লম্জেন্দী
থম্মোই মানা ফংবদা
অন্নাবসি কাওরগে।
লৈহৌরিবা অসিগা অতুগা চংথরবী
অমত্তা ওইনা তিঞ্জরে
ঐগী থম্মোই পেঞ্জরে;
ফংবা ঙমদ্রে কম্দৌনি হৌনশানি তাইবঙ্গী
অসি হায়না কাউথোক্কে
অন্নাববু কোল্লগে।
থম্মোইনা মুংশিজব'মু লৈমন্চন্বী মাবুদী
তাইবঙ্ মীচৈ কিজরে
ঐগী অমুক্ ওইরবোই।
অনি শাত্তবী লৈথোক্শে তন্না শাৎপী ওইদ্রিবী
শীঙেল্ পুন্সি মাঙ্বন্না?
নীংবা কায়দবা য়াবরা?
ঐতনা শীন্বা য়াববা করিগী অমুক্ রাগনি।
অযুক্ রেন্দা অঙন্বদা
মখোল্ লোবা ঈশৈদা
পুন্নীং তাম্থা পীরগে, অন্নাবা অহিং কাউগনী
নোংপোক্ মায়কৈ শেংলকলে
অন্নাবা রাখল্ পুথ্রগে।

অতুবু তৌফম্ থঙ্‌দরে চারুই থকৃউই মহাওতে
অমা য়েংঙুই মপেন্দে
যৌবন লিলা লোইখরে।

হৌখরবা মুঙাইবা নীংশিংবনা থম্‌লিবী
হৌজিক্ মতম অসিগী
নীংবা কায়বা ৱাখল্‌গী

খেন্নরিবা অসিনা অৱাবা পুম্বা থোক্‌হন্‌বী
খেন্নবসি কাউহ্নুনা,
হৌখ্রবনা থন্দূনা

পুন্‌সি লেন্‌বা ওম্নবা, তৌফম থঙ্‌দ' কাম্ভগনী
অৱাবস্থ কোক্কনি
ওমগদরা অসিবু ?

খ্যান্‌গী ৱাখল্ থমহ্নুনা পুন্‌সিশিমা লেন্‌বদী
পুক্নীং পোথা' ওইরেদো

ওস্থোক্লবা ৱাখলূগী মতেঙ অমুক লৌৱৰা
অমুক্ ৱাবা তৌররোই
ৱাখল্ অমুক্ মঙ্গল্লোই।

ৱঙ্গমঞ্চ য়ায়দগী চোংথোক্লবী নহাক্তী
নহাক্কুগী শাথেক্রা
অৱাববু কাউহন্‌বা

শাথেক্ অহুম্ শুবনা মতম্সু মায়থী' পীখিবী
নঙ্গী নগুন্ শক্পনা
লৈবক্ কোন্শাং নিন্খিবা
অহুশুম্বা শাথেক্পা অকাউবশু পুবক্লো
অরাবসি কোব্হল্লো
থম্মোই কুঞ্জ হাঙ্হল্লো।
অকাউবগী শৈবোইনা অরাবসি নীংব' কাযবগী
পুখ্রসন্থ লম্দম্ থাম্বা।
নীংশিংবগী শৈহৌনা
মুঙাইবদো হৌথ্রবা লেঙ হন্দবা থম্মোইদগী
রাখল্ ঐগী পোম্থানি
অমুক হন্‌বা তৌববোই
চেনখ্রবস্থ মুঙাইবদো ইনখ্রবস্থ মতম্গী
তান্নহুনা ফা-খিনি
নীংশিংবনা পুন্-খিনি।
লেঙ্বা অমুক্ লৈবরোই অমুক্ কবি রাখিনী
মুঙাইবনা থল্লগে
তাইবঙ্ থুংনা শীল্লগে॥

---

ইম্ফাল, ২৮।২।৫০ ইং

৮

# থাপ্লবদা

নহাক্না চংখিবগা লোয়ননা,,

চংখরে ঐহাক্কী লৈরম্বা আশা—

অথাপ্লদগী উরম্বা চুমথাঙ্গী

মখোঙ্দো, অনক্পদা, লান্‌খিত্নুনা

মিংয়েং কারল্, খল্লহল্লে ইথস্তা

মিত্তাঙ্বরা ? লৈরাংদো লৈখোক্তা শাংপী

ঐগীনি খল্লম্বদো—য়েক্লবনা

হেক্খ্রবদা, তাক্রকলে মরুম দা

নোংচুপ চীংগী, খঙ্হৌদনা উখ্ররোই ।।

২

অহুবু লাক্খিগদ্রা অনৌবা নুমিত্তো !

তংন-থানবা লৈতনা পূন্‌খিবনা

হৌখ্রবা যৌবনগী লিলাদা নঙ্না

নথস্তগী রাশক্পু করিগীনা

থুগাইরিবা ? সমাজগী মীনোকসিদা

খাঙঙমদরে ; কেনখিবা তারে লেম-না

মতমগী ইতিহাসতা হাপখ্রবদো

ম্লাংরেং মচাদো পীক্লবা, কনানা

খঙ্খিদ্রবা লামায়দো, কাউদবনা

নঙ্ ঐগী থম্মোইদা মাঙ্হন্দ্রবদি
য়েংখিসি নোংমদি রাখলগী উরুম্দা
ঐখোয়্তনা খঙবা রারেংদো নঙ্গী ।

মাঙ্গদবা হক্চাংনা, য়েরুবগী
ওইখ্রবসু, রাখল্গী থিংঙম্দ্রবা
ঈচেল্দি, কনানা ফা-হুনা য়েংসি
থম্বা ঙম্বগে!? নঙ্সু ঐসু মাঙ্খিদ'দি
য়াওববোইদো রাবেংহুদি খঙ্দ্রবা
কনানা, কোচিন্দূদা লৈহৌখিনি

৪

তাইবঙ, কনানা থিঙ্মদববদা
রাবীদো ঐখোই'নিতা পামিন্নখিবা
তন্দবা কনানা নোংমদি, নীংশিংগনি
লৈথি-হায়বা খঙ্লূদ্রবসু য়াওকম্দো
মতম্হুদা, নঙ, ঐগী আত্মা, ওইহুনা
শান্তি লাক্লরোইদো তাইবঙ্দা
অমুক্ ! মসিতনি পামলুবদি, অহুদা—
মতম্ খজিক্কগী থাপ্পবা, খাঙঙমদে
ফাংলবা রাখল্ অসিদা ! ওস্থোক্পনি ।

---

কলিকতা, ২০ | ৩ | ৫০ ইং

৯

# হৌখিবা মতমদা

লৈরম্মী মহাক্কো ওইদুনা ঐহাক্কী
চৎখরে কদায়দা খঙ্হৌদে কনাস্তু;
মিংচিগী লাঞ্জাওদা হৌজখি রারেংদী
ওইররে পোলোইনা তরংগী লাইজবু ।
ঐহাকী মহাক্কো মহাক্কী ঐহাক্না
হংজরি করম্না লেন্বগে মতম্দো ?
মুঙাইরী হায়শীরা খুম্শিরা রায় হায়না
খঙ্ঙম্দে ঐহক্কী; অদুবু কাউদেদো
হৌখিবা মতম্দা গোবর্ধন তময়ানি
কাওরেনবু শেন্রদ্দা বাসিগী খোস্থাংনা
নীংখায়খী' শম্জিদো ঙসিফাও' পুনদরি
খল্লিদো লাক্খিনী থম্মোইদা হন্দুনা ।
য়েংখিবদা হন্না ছামখরে মমীদী;
অথাপ্পা লৈমায়দা বিন্দুনি অমুবা
বিজ্ঞানগী টেলেসকোপ, ওইথোক্কে উরুবা
নীংশিংবা মিংঙ্গংতন্না উজবনি তশেংবা
অরা' লক্কা মুঙাইখিবা ঙুঙাইলক্কা রাখিবা
মুংশা ফুইনা হোন্খিবা অকিবগী থৌনা

কপ্পা-কপ্পা নোকৃখিবা নোক্লা-নোক্লা কপখিবা
হৌখিবা দৃশ্যদো উজরী থম্মোই মিত্তি ।

হে শুংশিরবা হৌখিবা, মাঙ্খিজুকো
থম্মোইদগী। মহাক্না ঐহাক্না তিল্লগদবা
থাপ্লবা সমত্রু রাংমদা, হৌখিবা! নঙ্না চিংজুনা
মাগা ঐশা নোকৃচখিগে অমুক্তা
থম্মোই পেন্না। হন্দকী তাইবঙ্দা
লোযনবীনি য়েক্নবগী; হৌখিবা মালঙদা
লাক্নদবা জগত্তা লোয়নবীনি ঐগী;
হৌখিবনা লাক্নদবগী লম্জীংবনি—
থিংবা ঙম্লবোই থল্লনি মুঙাইবনা
মুংশিবগী ওইনবা য়েক্নবগী মতোল্নি
ঙাফম্ লৈত্র' মতমদা, ঙাকুলো ওইবা
মহাক্না; থৎঙমত্রবা ঈ চলুম্ থিংখি
ইলায় লায়না। মাঙ্গদবা অমনা মাঙ্লবসু
তোংগদবা অমনা তোংখ্রে। তোংবা মাঙবা
মান্নবা মালেমদা; ঋারুনবা লৈজরে;
হৌখিবসু মুঙাইখি—মতুংগীসু হরাউনি
হৌজিক্কগী রাবনি; নীংশিংবা লৈ[illegible]—
কমনা রা[illegible]-রানবা করি লৈবগে?

কলিকতা, তাং ২৫ | ৩ | ৫০ ইং

১০

## নুংঙাইবদা অরাবা (মমৌ লাকপদা)

লৈরম্নবদি নহাক্না হে অপোকৃপী
পেম্নবমগনি থক্লোইনা নচাগী
অরাবা কোকনি খল্লমী ঐনা ,
পোথাহল্লগনি— পোথাহল্লগনি
মমৌগী সেব্যদা - রাশকনি ঐগী ।
হৌখ্রে কুমজা থুংখিদরে রাশক্
নমৌগী সেবা নচাগী ভক্তিদো
কান্নদরে - অরেম্বা ওইরে হৌজিক্তী ।
মুমিংসিদা মমাঙ থাগী হোৎনরুই
পুরক্লমী য়ুমদা নঙগীনি হায়না
অদুবু কদায় লৈরমদরে নহাক্তী
কনানা কৌশিনবীনি নমৌদো
লাঙলবা য়ুমহুদা চীকুখরে মঙোন্দা
অনৌবী মহাক্তী থনখরে ওকুচবা
নুঙাইবদা কপ চবা মা ঐগী পুন্নসিরা ?
ইমা ! নঙগী থোৱৌসে ওন্থোকপনি ।
নথক্তগী রাজবনা-ফংদক্লনা অরামন্

কংজম লাইরা বাঙ কিবা—লমন শিংজবা

ঐখোয়না অরাবনা থলহল্লি—নোক্লা নোক্লা
কপচরি— অসিনা নঙ্গী সেবারা ?
অসিনা নঙগী অরামন্— নুঙাইদা ?
মালেম্ !— হে ঈশ্বরগী খুংগেম্
অসিগুম্বা অসিবু ইথত্তগীরা, অপুম্বগীরা ?
কনাগী মফম্দা হরাওবদা নোক্হল্লি
ঐগুম্বা কনাদা—নুঙাইবদা কপ্হল্লি ।
মান্নবা য়েংবা ঈশ্বরনা, মান্নবা শেম্বা
মপুনা—মান্নদবা থোক্হনবরা ?
হায়বীবু কনাগী দোষনো ? ঈশ্বর কোৎপা
নহাক্কী—ভোকত্রবা থবক্কা—মীওইবগী দোষরা ?
নঙগী খুংগেমক্কী হৌনবীরা ?
শাগৎলুবা ফুরাদি অহাঙবগী ওইখরে
রাখল্ ফুরা মমুংগী আশা মৈরা মুৎখরে—
নিঙ্ঘদবা [illegible]ওইনি—কপ্ত্নবা খাঙগদ্রা ?
নঙ্গী চংফম খঙলবা শোয়দনা লাক্ফম থোক্তরা
নারা মতম ওইবদা হৈনা মতুং ইনখিদো
পুন্সি পোলোই মতম্দা অমুক্ ইনবম্ থোক্ইদো
উনগদ্রা নহাকা তাক্পা ওম্বা লৈতরে
ঈশ্বর কাওবা খঙ খিদ্রে— মহাক্পু ইনবরা ?
ইথত্তনা চিংমক্ত্রে— লৈরবদি থোরকলো
পালেম্ লৈফম, ভাঙ্গ্রো লভা নঙ্গৈ,
অসিনা নঙ্গী সেবা হৌনবরা, মালঙ খোঙ দোই হল্লকে ।

কলিকতা, ২২ । ৩ । ৫০ ইং

## ১১

# অৰাবা নত্তে

চৎলসি থুংশিন্থোইরবী পুন্‌সিগী খোঙ্‌চত্তা
নারাগী হৌখ্রবা পুন্‌সিদা নহাকুপু ঐনা
যৌবন্‌গী লোয়নবী ওইহন্‌গে রাশক্‌খি—তুংদা
থাররোই লেপ্‌খিবা রাথলগী ঈচেল্‌দো, কনা
কনানা গুম্বগে থুগাইবা ; রাশক্‌পা কায়খিবা
শানৌও কনাগী, অৰাবা পুন্‌সিবু গুমজদে
কাউরুবা, মশাবী মহাক্কী লিচত্তো হোংগন্‌বা
তুক্কচরুই তাইবঙ্‌না, কাউইদো—মাঙ্গতগী নত্তে
শানৌগী মিংয়েং তুংইন্না শাবী পুক্নীং হোংইদো
তাইবঙ্‌ মাগী হৌনশা খঙ্‌দরনে থুংশিবী !
অহুবু ঐদি থারোয়দো, ঐগী রাশক্‌ হোংলোইদো
হোংগন্‌বা লক্কা হোংদ্রবা লৈরি উংকে প'ম্মুবী,
শানৌ শামায় কৈদ্রুকো ! শাবী গতি তেক্‌হন্নু
নোংলৈ থুংশিং হুম্বদা চীংনা মফম্‌ লেঙ্‌বরা
লৈরাং মানা কেল্লিন্ত্রগে মোংলৈ লক্কা লাক্‌সনু—
কেন্‌থবদি মাঙ্‌খরে চেল্লা শাগল্‌ তেক্কবরা ?
য়েখায়রা মচা মরক্তা অম্বারা মচা খংবন্নি
শৈহৌ শৈরোই করিবা মাঙ্গখবু লৈবরা ?

হারুকম্সু লৈতেমে ঐশু নঙ্সু মতুনি
তাইবঙ্না চীরা শোন্নরি হুংলাংবনা কান্নবরা ?
কদম্ মখোঙদা পোখারি শ্যামগী বাঁশি খোংলক্লি
প্রভাস্ মিলন্ মতম্দা চহি চামা কায়নবা
অরাবদো কাউখিদো; হৌখ্রবা রারী ব্রজগী
নোংচৌনা পূক্লিং মিকপ্থি—য়ৌরেদো পোলোইফাওবা।
কুইনগী লোয়নবী- মরক্তুগী কান্নবনা
অরাবা লম্দম্ য়ৌরুবা মুংশা চনীং তাজরে;
পাখঙগী রাশক্ থুগাইগে হোৎনবদো মতম্না
তাখবে অরেম্বা— অরেম্বা মাঙ্হনবা, মপুগী
খুংশেম্ নত্তেদো— পারী ইমোম্ কনাদি
লুংশিবগী খুদোল্নি–লেম্না মাঙ্বা য়াদেনে
ফজবসু মাঙ্দেদো মিংয়েংতনা পুম্বনি
লুংশিবসু তাদেদো রাখল্তনা শেম্বনি।
মাঙ্বোই নীংবা তাইবঙ্দা অরেম্বদো লৈরম্ই
অরেম্বত্থু তান্বদা য়াইবী কম্না থা-অদ্রি
লান্না চৎপা কনানা থাজরূইদো মরিচিকা
কায়ল হোৎবা মিংয়েংনা অরানবন্ চুম্হল্লি।
ঐদি মতু নত্তেদো নঙ্সু মতু পামকদে
মতম, কুইনগী য়েক্লীংনি অমুক্ কুংশ নাইরবা
শৈহো শৈরোই করগা লাইবক্ কুবা কৌখরে
মরক্তুগী অরাবা অমুক্ হন্না নীংশিংদ্রে।

কলিকতা তাং ২৯।৩।৫০ ইং

# ১২

# অসিতদি থল্লিদো

১

করম্বা মরীনা নহাক্কা ঐহাক্কা
পুন্‌বগে চেংনা তংনবা লৈতনা
ঙক্লবা মরীসে কনানা শেম্বগে ?
তৌঙম্বা কনাগী ইন্দুনা য়াকা
পুন্দুনা থম্বগে করম্বা থৌনানা
খঙ্‌বরা কনানা তাক্‌পীবা ঙম্বগে ?

১

হৌখ্রবা মালঙ্‌দা লৈখিবা মরীনা
হৌজিক্কী তাইবঙ্‌দা পুন্দুনা থম্বরা ?
তোঙান্‌বা বিন্দুদৈই মান্নবা চংলকলে
তিল্লরে কোন্‌সিদা তাক্কুনা কনানা
লমদন্‌কম. য়োরক্‌পা নহাক্‌পু খঙ্‌বরা
খঙ্‌নদবা অনিনা ঙসিদি খঙ্‌নরে

৩

ঈচেল্‌ অনি তিন্নকম্‌দগী থোরক্‌লেদো
ঈচেল্‌ অমা, অতকপনি মরীশিংগী
তৌভমদ্রবা থোনাসে; তাইবঙগী লম্বীদা

লাক্ফাংন্থু তিন্নদে, কক্লফম্দা উনৈদো
নঙ্গা ঐগা তিন্দুনা চৎমিন্নবা হৌরকলি
তানম্নিদো ঐখোয়'নি খন্নবগী ঈপাক্তা ॥

৪

পুন্সিগী থোঁদাংবু কাউহল্লে নহাক্না
খন্দুনতা লৈহল্লে নঙ্বু, ওৎলরে
তঙ্গুনা, ঐগী রাখল্ কাউহন্দরে।
নিম্তোলা ঘাট্তমা নোংমা নোংমা
চৎলি মী কয়া মালঙ্গী লম্বীদা
লাঙ্লবা সহরগী তাইবঙ বু থা-বদি

৫

হন্নমক্তা য়েংনদে কল্লীনবা লৈতনা
ব্রাবীনবা য়াওদনা মহে মহে চৎনখি
মরুপ মপাঙ্ লৈত্রবা, লায়র-চুদৎনরবা
মথন্ মথন্ চৎখিদো, মরী মতা উদনা;
খুঞ্জা ওইবা কনানা' সিগুম্বসি উরগা
খুন্গী খুন্দোন্ অমদা শাগৈ নাতৈ মরক্তা

৬

ব্রাবিনবা থল্লগা মালঙ্ তাম্না চৎনীংই।
ঐগুম্বা কনাদি, পুন্সি থোঁদাং তোরগা
ব্রাবিনবা খন্দনা মাঙ্খিবসু চীক্মাঙ্না
পামজকইদা পুক্লীংদা। করিগুম্বা মতম দি

অসিগুম্না নহাকন্নু অহুগুম্না ঐহাকন্নু
তোঙান্ তোঙান্ চৎলবা ওইথোক্তবা নত্তেকো

৭

থল্লুবদা ঐহাক সি রাখিকনা হুংবংনৈ
ঈশ্বর হায়বা অহুদা খুরুমজরুই ঐহাক্না
ঐনা হান্না চৎচগে, নত্রগা, পুন্না চৎকে ঐখোয়নি
কায়নবগী অরাবা. ঐদি থাঙ্বা তমজরোই
ঐদি মসি পান্নজদে অরাবদো থঙ্দোক্তে
কনা' মদা৺ শিন্নগে অসিতদি খল্লিদো ।

---

১৩

# নহাক্কী নমিদা

নহাক্পু ঐনা কাউওমদে

হে থম্মোইগী থম্মোই ; তাইবঙ্গী

তিন্নকম্ নঙ্গীদমক্ খন্বদা

ঐগী অরাবা লৈজদে।— ১

অমঙ্বা নোংলক্তুনা কুপ্পক্পা নোংথাঙ্না

তাইবঙ্গী অরাব'লক্তা মিকুপ খরদং

ঙালহল্লি থম্মোই, নহাক্কী রাখল্দা

ল্পচবনা, তত্তনা শুম্মাংলি নহাক্কী নঙাল্না ।। ২

পূম্নমক্ তিন্খরে থম্মোইসু য়াওখরে

অরাবা হুঙাইবা ফজবা অথীবা

মিংথক্পী মহৌশা শাঙ্গ্রানবী রাখল্ ফূরা

তিন্নখরে নঙোন্দা ঐবু তোঙাল্লিবরা খঙ্দ্রে ।। ৩

"মপান্দা তোপ্লবসু মনুংদা অমত্তনি",

কাউররোই ঐহাক্কী নহাক্কী মন্ত্রসে

পোঁকপা চাওবা শিবা, অতোম্মা নত্তে

অমত্তা ভইথনা তোঙাম্না উৎপানি।

নহাক্কা শীবিবা অনৌবা ময়ে

তাইবঙ্‌দা উরেদো ! অকনবা লীপুন্‌সে
নহাক্কী নমিনি—নারাদি অপিখক্‌ ।
মহাকপু য়েংলগা নহাক্কু পু উহল্লো !—৫
নহাক্কা তম্বীবা রারীদো, মানা
লীবক্‌লে ঐঙোন্দা তপ্না তপ্না
নহাক্কা ঐবু দি কাউহনখ্রে—লোন্‌সিবু
খঙ দ্রেদো ঐহাক্তা হায়রিসে মান্না।—৬
নঙোন্দৈই থোরকপা তাইবঙনা শুক্কাংপা
স্বর্গগী লোন্দাদো কাউখিবা উবদা
থম্মোইসি নুংবনৈ;- মীতৌবু তম্বদা
রায়বা ঐহাকসি পীবিয় শুক্কাংপা—৭
কাউহনা তাইবঙ্গী অৱা অনা
হংলগে মাঙান্দা ; করম্না স্বর্গদা
লৈহৌগে খ্বাইপুম্বা—ঐগতা
লোয়নরম্বী চান্নরম্বী হান্না — ৮
মহাক্‌পু রাহৌরা ? অনৌবা চংখিবা
ঐহাক্কী খোয়রোইশিং উরকপ্রা নঙ্‌না
মথোয়না ঐঙোন্দা করিবু হায়রক্কে ?
শুক্কাংলবা থম্মোইনা হংলিবা অসিতা— ৯
নান্না অপীথক্‌ নহাক্কী নমিনা
হরাওনা খুম্‌লিবা ঐহাকসু খঙ্‌লেদো,
তত্তনা কৌরবই—"লাকও লাকও"
জন্মকো মঙোন্দা ঐহাকসু লাকলে হায়না ॥ ১০

## ১৪

# খুদোল লৈরাং

নীংথিৱীগী শক্তম্‌ 'পাম্বৃবন। কাউদেদো

মুংশি শাইন্নোন্‌ নারোন্‌গী মিংলৈ তেঞ্জে থোরবী !

থম্মোই ফাওনা থা-খিবা মপোক্‌ খুদীং মাঙ্‌দেদো

তরেংশুবা শাইওন্দা মিংলৈ লীখুন্‌ ফোঙ্‌খিবী

মুরা নঙ্‌বু পাখও না পায়মমুংদা কাউজদে

লোক্তাক্লা মিংশেল্‌ খানবলম্‌ পোইরৈসনা পুঙঙয়োল্‌

নহাক্কুগী নঙালনা তাইবঙ, শুনা ভাম্লকলে

তরং লাইজুঈরিক্লা চোংহল্লে নোর ময়োল্‌ ।

কাক্তা মুংশিং নামিবা, নম্ফা লোকোল্‌ অথোইবা

খুমন্‌ কাওবা মরানয়াই, কুম্বী তেরা নোংবানও !

কংলা তোমু রারবী থাঙ্‌জ খুন্দিন্‌ ফিরবা

তুমু তাবী খোয়বোইদো কাউরববা মুরাও !

তাইবঙ্‌ শেম্বা মপুগী খুদোল্‌ লৈরাং ফজবা

মুরা পাখঙ্‌ অনিনা ময়েক লা-না উংলিবা

জগত্‌ থুংনা ভানসমু মপু মাগী শক্তমদো

লৈরাং মানা উংসমু— কবি পুক্নীং থুংনবা ।

মচেং তাবা রাহৈনা লৈরাং নঙন, থাবদ

বৌনাইদবা ঐহাক্কী ইতিক্‌ ইপা নত্তেক্লা

মুরা পাখঙ্ অনিমক্! থম্মোই খুদীং পেল্হন্‌সি
লৈরাং মানা শাংপদো থরাই পেন্না য়েংগেকো
জিব জগত্ মুংশিদা ননীং তম্না শাংলিবী
ধর্ম পুম্বে তিন্নফম্ মঙাল্ নশা ফল্লবী
অপঙ্‌বা তাইবঙ্ মচানা শ্রীগীতা ॥ফ থনবনা
অরম্বা মঙাল্ উদনা তাইবঙ্ শান্তি মাঙ হল্লি।
নঙাল্ নশা ফম্মোক্লো হে লৈবাং নীংথিবী
থম্মোই খুদীং ঙালহল্লো মপুনা পাম্বা থুংনবা।
হে মুরা পাখঙ্ অনিমক্! লৈরাং লৈখোং শোমদাসি
মুংশি লৈনম্ পাম্মুবী তাইবঙ্ ছরা ছল্লবা।
অচুম্ববু ঙাক্লবা মপোক্ খুদীং শায়ঙনবা
মতিক্ চাওবা মহাকী সনাখুন্তা লৈতেংবী
মহাক্কী লী চীংনা তাইরঙ্ মম্বী তৎক্রিবা
নখোয়নিনা উৎলিবা লৈরাং মাগী শক্তমদি—
জগত্ থুংনা ছিন্দুনা তাইবঙগী অরা' কোক্হল্লো।
লৈরাং লৈনম্ তাবদা ঈংনা মুঙাই ফংলনি
গুরু' লৈনম্ অসিগী হৌরক্ফম্ লমদম্ তাল্লকপা
মপু খুয়া থাত্নদা তাইবঙ্ পুম্বা তিল্লনি।
অহুগু। তাঙ্কালো ইম্বিং পেন্না য়েংনিংই
লাপ্লবসু মতম্দো মুরা পাখঙ্ অনিমক্
নখোয়'নিগী শাথোক্লা য়াখল্ মিংতা উহল্লি
লাপ্না নক্লে য়াখলদা ফংজরে ঐনা নীংবমক্

১৫

# কবিতা

ওরাংতা ঈনীল নিললমী
ওসিদি ঈচীক্ চীকুখরে ;
পাক্লবা অতিয়া শ্মীস্কুংন।
পাইজরি লৈচিল্ মম্লা
ফৈবাথক্তা য়্যারেকুপী, উনাপুংবা
উজাওগী, নিন্খোংবা লোইখরে ।
নাইতোম্ ভাবা ইথক্তা
লাওলবা মহর ময়ায়দা
ঈচীক্ চীক্লা লৈতৌরে ।
শরু খাইবা পামজবা
মীওইবা উচেক্ ঐহাকনি,
মথন্ মথন্ পাইনখি
অনীংবসু তীমদে, ওস্মোকপনি ।
করম্না মতম্ লেন্শিবা
অচিক্পদা ইত্তৌনতা, খওদরে:
নওগী শাইগং শায়দা
লেপচরবা ঐহাকসে— নহাকপু

থাপ খরেদা লমুদমসে।
উজয়ীনি লমুদমদা,
থাপ লবা সমুজ্জ মাংমদা
কোয়ুম চংপদি মাক্রপা
নঙ অমু নীংজবা, ননাক্তা
লৈবা ঐহাকপু; কয়িগী থাপা
থম্বগে? লাও-লাও থম্মোইদা।
থম্মোইগী কুঞ্জসে, খোংলকলে
কোকিল্—শিংলকলে নামিবা
মালয়া—লাকখিরোইদয়নে নঙবু—
লাকওগবা হুংশিবী থম্মোইদা
বিনা অম তারেদো
লাক্লবরা নঙবু—খীরগনুবা!
হায়নৈনে নঙবু হুংশিখোইরবী।
থম্মোইবু খঙবীনি নঙদি
খোংলো বিনা—নিংথিবা শুরদা
শকুন্ত ঈশৈ—হেকৃউ শৈহেক্
শুব্রাংলো ঐগী থম্মোইসে—
শুব্রাংলবা থম্মোইনা, নঙগী কিনা তাঙ্গাদা
মাই চাং—শুম পাঙ থাবিজেদা
খঙহৌরজস্নুসিগী, তোগদবা থোদাং পুথা

থঙ্‌হৌরগে, — কয়া কুইনা হিংখিগদবা!
অহান্‌বা পুন্‌সিগী শরুক্তা—পাঙ্‌থাক্লগা থৌদাংপুম্বা
লেম্‌হৌবা পুন্‌সিগী শরুক্তো, লেল্লগে থম্মোই
ঈংনা—নঙ্‌গী বিনা সুর ওইহুনা।"

---

[illegible] [illegible] | ৩ | ৫০ ইং
সেণ্ট প্রেভিড্‌স্‌, কলিকতা

## ১৬

# পিক্লিবা মাবু উবদা

নীংতম্মা কোয়পাই পাইজ' পান্বা ঐনি
পাইখ্রগে ঐ, অমুক্ ফারম্নু ঐবু;
নাম্থোক্পা রাব' লিপুন্দা, কনানো
পুল্লিবা ঐবু তত্তনা,—কর্বিনি
হায়ত্নুনা খাম্বগে নঙ্না রাগলবু
হায়য়্নু নহাক্কী লিপুন্সে করিনো ?
অওইবা জগত্তা নহাক্না, কর্রি
ওইদবা পুন্থনা লাক্পগে অমুক্
হায়বীয়্নু পুল্লিবা ! করম্বা মরীনো ?
ঐদি পামজদে তাইঙ্দা পুনবদি
নঙ্তনা ঐবু ফাবিরী, পীরি অরাববু
থারে ঐদি খাঙমদরে—থাদোক্লো !
মীওইবগী মপোক্তা—থানা শীল্লি
কনাগী মিতমনো নঙ্না লাক্পবু
অরাবা মাঙ্ওইনা পুরক্লে করিনো ?
মৈরান্বী পুন্শিগুম্ ঙাইহাক্তং লৈরম্মী
নোংথাংগুম্ ঙাল্লগা মম্হল্লবু

নীংতম্লাংবা ঐগী থংপরা লম্বীদো ?
সমাজগী মীনোক্লা কন্না পুনশিল্লি
নাম্মোকপা ঙমদরে কবিনো ঐবু
অপঙবা ! ওম্মোর্কপনি রারেদকো ।
কনাগী খুজোম্না করম্ শুম্মংশি
কবম্বা লোন্না 'মোংথকী পাওজবু
তাইবঙদা শন্দোকপা করিনো তাকুনো
ঐদি নঙবু খঙহৌদে—রাজথনি
কৈদৌনি—নহাক্কী নবালতরু
তাইবঙনা খঙথরে' হুবু করম্নো
ঐগী লম্বীবু মম্হল্লে নহাক্তি
শাগৎলম্বা ভাবকী দলান্ কয়াস্থু
অমম্ব'লক্তা মাঙখবে য়েংউদো
কয়াদা রাবনো নহাক্কী থৌশিন্
'হুবু ঐনা ঙকপদি—কবি' 'লীবু
তাইবঙদা লৈতবা নঙনা পুবকপনো
লৈরম্দবা ঐগী রাখল্ কয়াদি
উহল্লে নঙগী নশকু উরুদবু
রার'হিং ওইহল্লে মুঙাইবা 'হিংদো
ঈংনা মোমোন নোক্রবা রানা কপ্লি
ঐম্থু মহু উবদা কপ্ত'ওমগ্রে মুকু
অরাবা মুঙাইবা—হৌজিকু মাঙ্গেদো ।

য়াম্রেদে৷ নাম্বোক্পা—পাম্জবা ঐদি
কোয়্পাই পাইবদো তাইবংসি লায়্রবু।
ওইত্নস্সু ফন' কন্‌বা য়োংহ্লিংদো
ঐহাক্কী রাখল্ শোয়দনা নোংমদি
থা-তুনা তাইবঙ্গী অপুন্‌বা পুম্ববু
চৎলখিনি পন্দনা য়েঁন্মিংবা'ফম্দো।
জগত্ থুংনা ঙাল্লবা কোয়্রৌ'শেক্নি
কনানা হায়্নৈ পাম্বৈনি নহাকপু
ওঅমলবা মনাক্য়োন' চৗংলম্বীদো।
লম্থুঙ্ফম্ তান্‌বগী পন্দবা'লমনি
চিম্লোঙ্বী মানি পুল্লিবা তাইবঙ্বু
'খঙ্বা কনানা ফংলুই অচুম্বদো
অচুম্বা ফংল'দা লৈত্রে য়োদ'দি
প্রকৃতি পুরুষকী উনফম্ উদ্যানবু
নহাক্কী মিকপ্না কাউবা য়াররোইদো,
নঙ্গী ইঙ্গিৎনা থুনহুম্ তাক্নি
কদায়দা লৈবগে তিন্নফম্ মাবু
মহুবু তম্হুনা নীংতম্' পাইবেদো।
অম্বেল্ অহুম্ লম্থুং তিল্লে, মুঙাইবনি
নোংথক্ পাওরেন্ তাবা' অল্লোইবা লম্থুং
নীংতম্বা কমনাগী শাগপ্ তোয়্জেদো।
শোয়দনা য়োরল্লি য়ারোই খাম্বদি।
নীংতম্না পাইব্না রাখল্ পোন্লেম্

করম্বা কান্দা কনানা থিংবা ঙম্‌খিদো ?

মমাতনা মচাবু নীংজবনি

মপানা থোইনা থনবনি মচাবু

মচানা মপা অমাম্ব কাওদেদো

কনানা হেনবনি কনানা রাংলি ?

তাইবঙ্‌দা লৈবরা তাক্‌পা ঙম্বব

খঙ্‌বরা করম্বা তৌঙম লীপুন্নো ?

অশোনবা তেংবাঙ্‌বা সমাজ মিটিমি

অশুম্বা লীপুন্না কাউহন্দে মীবু

ঙাক্‌পমা পীক্‌লিবা, সুঙাইনি পোলোই ।

য়েংদ্রব'দি মাঙ্‌খিনি কাওদে মহাক্তি

খুলঙ্‌ লমন্দি খৈন্নদো তাইবংস্‌সু

অসিগীদমক্তা অহুম্‌ তিন্‌খিদো ।

মহাক্কী শাগৈ ঙারবা লীচিংনি

কাউহন্‌বা পুন্নমক্ নত্তনা মাবু

মহাক্কী থৌনি তাইবঙ্‌না কাউরোইদো

য়েংউ—করাদা ফজবা পৃথিবী

লম.দল্‌ফম্‌ ভিন্নবা নীংতম্বা অহুম্‌

কাউইদো থুনা কদায়দৈ লাক্‌পনো ?

হেক্‌ পাইখা ঙম্নদে—মহোম্ব পুন্‌শিল্লি

উহল্লি তত্তনা মিংথক্লী পৃথিবীবু

কাউরে— কদায়দদা লোৎথ্রে লম.জীংবদো ।

থিংঙম্‌ত্রবা নীংতম্বগী মাখল্‌নি
লীপুন্‌না চেংনা পুল্লিবী অছম্বু
প্রকৃতি পুরুষ চেংনা পুন্‌বা মুমিত্তে
উজবা মতম্‌দা মারিবা কাউরম্নি
পন্থ্রংফম্‌ খঙ্‌লবনা নীংতম্না পাইষ্মনু
থিংবা মাববোই য়োরনি পোলোইদো ।
খঙ্‌জবে লীপুন্‌ নঙ্‌বু চেংনা পুল্লিবী
থা-বীরম্মু, চেংনা পুনবীরো ঐবু
অপুন্‌বলক্কা নীংতম্না পাইজগেকো ॥

তাং ৫।৯।৫০ ইং, ইম্ফাল

## ১৭

# সোক্লিয়াগী মোংফমদা

"থরাইগী মুমুংদা ! মায়োম্বু, তাইবঙ মিতম্ লাক্লগে
হৌখিবা পুন্সিগী কায়ন' মাহৌ ওাক্লবা—
হরাওরিবা মুংশিবা, মুংশিবী অনি অসে
মিকুপ্ 'মত্তু নোক্হন্নগে অমা মপুং ফানবা।"
"থম্মোইগী মবেম্মা। ঐগা নঙ্গা কায়ন'দৌসে
খল্লুবদা মাখরে। নঙ্গী মাশক্ থুংনবা
মমগী শাইগং শায়াদা অম্মোই-মানা ঙাইরমগে,
ঙাইহৌরিনে কাউগন্নু, কুইবা মায়োই কায়নবা॥"

"হঙা" হায়রনা মিতম্লে লমজীং মনি মুলহোৌরে,
মকা লাম্লে মুংশিবা মোমোন্ নোকচৈ মুংশিবী:
মাখল্ ঈনোৎ কাম্লনা ও'বকী দলান্ শাক্লরে
লৈকোক্ লৈকাই হরাউবা নীংবা কায়ন' ওইজখি।
"শাবী ইবেম্মা তাবরা; নমুং ঙাইবা মারেদা,
মিংথক্পী তাইবঙ্ উবদা নঙ্ ঐবু কাউবরা ?
কয়া লুনা তৌহ্লনা মুংশিবা-মুংশিবী অনিদা
মোমোন্ নোক্লা লোক্লিবা; মাবিবসি খঙ্লরা ?"
"শানৌ ইবুঙো মায়োম্বু। তাইবঙ্ চাকলেন লোইরক্লে

মিংশু নাপোম্ থম্লক্লে উদরনে নহাক্পু
তাইবঙ্' শুক্সুং ভময়োই ঐগী য়াগক্ থুংলক্লে
খবায় থোঙ্গাল্ য়াংমদ। ননাও ঐবু ওক্লম্মু।"

সুংশিবী শেংন-থাইনরে, সুংশিবা ঐহাক্পু
থা-হুনা, পিক্লিবা জিব মচানা, হিক্লা
কপ্প তাবদা, থম্মোই লাইয়ুম মুঙোক্তে, তাবু
যিকুক্'সুংদগী কিগে সনা 'হুরিহুনা
মালঙ্, থোঙ্দোয়নথিবা 'থিংবা ভমহৌক্কেদো
পূন্না সুঙাই নোক্লগা থাইম-হিক্লা কপ্চরি
সুংশিব-সুংশিবী'নিমক খুদাং শিবুন্ তৌরেদো
"শোফিয়া কদাই চংখরে?" তোর্বান্ মারগন লীখবি।

"সোফিয়াদি লৈতরে" সুংশিবনা কপলগা
শানৌ ইবুঙো সুংশিবা! ঐদি থাক্লা নোকচরি
"ইমাগী 'বেম্মা কৈদনো" সুংশিবীনা তেংথারগা
সুঙাইহুনা হায়রুইদো— "পঙ্খয়েদা শহাক্তি।"
মথোয় অনি 'কপ্চরি, কায়নখনা য়াহুনা
অমুক্ উনবহুনা ঐথোয়'মিদি নোক্লিদো।
সুঙাইবদা অহা'শীথসে "য়াথা মপুং কা-রেনা
মসিতবু 'উরগা' ঐথোয়'নিনা 'সুঙাইদো"।

তাইবঙ্গী সোফিয়া! মাগীদমক্ তেংথারি
শাবী'বেম্মা মার্তণ্ডগী মোংফম্ থক্তা লেংহুনা,

থাক্লা থাক্লা নোকৃল্লিদো, মখোয়'নিদ তাদরি
ওংহল্লিদা ওস্নোক্লা নঙ্গী থৌরম্ অসিনা ॥

"অরাবনা থন্দুনা থম্মোইহুংদা চাক্লকলে
কায়নবনা মাঙ্ হনখ্রে উনবগী হুঙাইবা ;
ঈচেল্ অহুম্ তিল্লবা ঈথৈ ফাংনা চেনখরে
থল্লুবা হুঙাইবদো ওইরম্লে য়ানমনবা ॥
হে-তুংশিবী ! নঙ্ ঐগী পুন্সিসে, য়ানা লেল্লু
তম্নবা; হৌরকৃপদা ফংলেদো; ওস্নোকৃপনি !
য়েংঙ্ উ অসে মাঙদৈসে—মোংফম থকী উয়ুংবু
তনিক্ তনিক্ নোল্লকলে; য়াতাবদা বারবী
য়াওন্মাল্লে সোফিয়া, য়েংঙো লাওনে তুংশিবী
"থম্মোইতুংগী মবুঙো ! অপঙ্ অসে থঙ দরে
ঐথোয়গী ভাড় পুঙম্দ উমুং ফেং ফেং হাইবনি—
কপজিবসে উরগা ঐজি নোকচনীংখরে ।"
"থম্মোইগী মবেম্মা ! তাও তুংশিবীলে কপ্লকলে ।"
"ইমাই'বেম্মা সোফিয়া ! খোম্লাং নঙ্থরকজেনা
লাক্লয়োইদ্রা পাম্মুবী— অকপজি ওইখরে
নঙ্গী থৌরাং অসিদি থম্মোই লাইয়ুম কাম্লরেনা ।"

"নঙগা মাগা কৈথোক্লগে, কৈদো' কপচশাগ্রিবা ?,
মপু খোদা ইল্লিবী, মাবু নঙ্গী নচায়া ?
লাংলোন, কয়া কয়াদা ইরাং চবান্ তৌনবা

ঐগী সুংশিথোইবীবু ঐগা থাপ্‌নৈ তাবরা ?
'হুবু নঙ্‌গী রাবা উরগা থম্মোই অসি সুগোল্লি—
লাও লাও সুংশিবী ঙম্মিৎ লাওনা পাঙ্‌থোকউ
"মীওইবগী পুনসিসে 'সিগুম্বা কয়া য়াওবনি"
নথস্তগী নত্তেকো কাউরম্মুদা অসিবু।
তোর্ব্বান য়াঙ্‌বী লৈমুঙ্‌দা লৈঙেইলক্তা তিনখবে;
মাঙ্‌বা য়াদবা মহারা থোঙাক লমদম্‌ য়োম্লুনা
শেংদোক্লুবা হকচাংনা ঐগী মাগা তিনখবে
থাদোক্লুবা তাইবঙ্‌দো অমুক নীংশিংদরেনা॥

"অপ্লগনু সুংশিবী, সোফিয়া নঙ্‌গী নত্তেকে।
থকথা ওন্‌বা তাইবঙ্‌নি অরা ক্লুঙাই শিন্নবি
য়েংউ সুমিৎ থোবক্কলে— অমম্বনু মাঙ্‌খ্রেদো'
"অহুবু— তাইবঙ্‌পান্‌বা শাবিবী, চেংবা পুল্লিবী
লীচিংদি, তরাই তবাই মাঙখিদে, লৌশিং মৈবা
মৃৎথংলি, অমগুদা কপচবি, লমরানখরে
কাউকবে, ঐথোই লাকলে পাউদম্বা
মপাম্থোংতা উতুনা হিক হিক লাওনা কপচরে॥

"শাবী ইবেম্মা সুংশিবী ! মখোয়'নিগী মতৌসে
খাক্লা খাক্লা নোক্লীংই। অহুবুনে সুংশিবী
নঙগা ঙাইহাক কান্নবা অস্নুপ, রায় থন্‌বদা
শিন্থরিবা ঈবাদা ঐগীনা ঈপোম্নে কাংলি॥

---

*সাহিত্য ঈচেল নবেম্বর ১৯৫০ দা ফোঙখিবা, ইম্ফাল

## ১৮

# ওইজনিংবা

ওইজনীংই ঐহাক্না
নুবা ইনেম মচাগী
শম্বোংথক্কী শগফাবী
কোকথক লৈনেং ওইতুনা
নুবা মানা চংলিখৈ
তাইবঙ মাঙদা লোমগে
যেংতুনতা লৈজগে
ঐগী থরাই হিংলিখৈ ।
নুরা শমলাং পায়বনা
তারকনি কিররোই
শম্বোং মফম লেঙহল্লোই
ঐগী থোদাং ওইতুনা ।

ওইজনীংই ঐহাক্না
নুরা ইনেম্ মচাগী
নাপ্ত' ঙানবী নাচোঙদি
লৈচন্ শুনা, তিন্দুনা
নুরাই নাপ্ত' ঙানবৈ

লাইবক ফবী মহাক্কী
নাপ্প চিক্কা হাক্কগনি
হায়ডম্‌দবা ইক্কাহৈ
থম্মোই কায়বা রাহৈনা
মুরা পুক্কীং হোংহন্নি
থম্মোই খোয়রাংকন্‌গনি
মাঙথিদ্রিফাও পত্তুনা ।

ওইজনীংই ঐহাক্কা
থম্মোই মুংশি থোইবীগী
নাপ্প' হাইবী হাইবারদি
নামিথা লিরি হুম্বনা ।
মুবা শাইনোন্‌ মীকৃপদা
তনিক তনিক হাইজরী
মুংশি চুবা চুপচরী ;
ঐদি কল্লকথরেদা
মুংশি নাক্কে থাপ্তনা
হাইনা হুম্না লৈজগে
নীংগম্বুকো লোথোকে
নীংবা কায়নি থন্দুনা ।

থম্নবদা লোঃথাকুনা
ফোং-ফোং শান্নি ঐহাক্কা

কপ্পকপ্লু তেংথানা<br>
মোল্লি চুপ্পা চুপ্পুবনা<br>
মুঙাই ইনিন্ মাঙদল্লি<br>
মাঁঙ্লোই হায়বা লৈবরা<br>
লৈরম্খিনি থাজদবি ।

ৱাবরা থম্মোই লকানা<br>
হৌখরবা লৈজবা<br>
নীংশিংছনা মুঙাইবা<br>
শীংথাসিগে করম্না ?<br>
ওইম্লনীংই ঐহাক্না<br>
মুৱা ইনেম্ মচাগী<br>
থবাক্ ঙানবী লিক্লাংদি<br>
লৈতেংগনি ইন্নং লংনা,<br>
শামাম্নবী মরক্তা<br>
থ্নাইদৈই হেম্না কজনি<br>
মুৱা নাপম্ ৱাংগনি<br>
লৈংমাম্নবী মিংয়েংদা<br>
মুঙাইবনা থম্লুনা<br>
ঐনা তাইবঙ্ কোগেদো<br>
মুৱা লৈতেং ওইবদো<br>
থম্লৈ ঐনি নাপম্না ।

ওইজনীংই ঐহাক্না
শাবী ইবেম্মা পাম্‌বী
খুলাং খুজি তচাবী,
খুজেং পালোইনহুনা
শং-শং লাওবা খোজেল্‌দো
মুবা নাম্না থল্‌হন্‌গে
খুজেং পা'য়না পুবগে
লৈহন্‌গে থম্মোই লাইংম্না।
মুবা খুজেং পালোইনা
ঐগী নীংবা থুংজবে
তাইবঙ্‌ পুম্বা কল্লক্‌লে
নোক্‌লে ঐদি হবাওনা॥

ওইজনীংই ঐহাক্না
থম্মোই মুংশি থোইবীগী
খুদোল্‌ লৈতেং খুদোপ্‌তি,
ওইগনি লৈতেং খুৎসনা
নাপ্ন চীক্না তান্নবা
অ-খিগনি কিবদা
থম্‌হুনা খুদোল্‌ চীন্দা'
তুম্মিন্‌ লৈম্মু তাক্লক্‌পা
মুক্না চিনুথান্‌ চুম্নবা

মুঙাইরে ঐগী থম্মোই
ইকাইবা পোক্তে রাখপ্
ঙাইবঙ্ কনা খঙ্দবনা ॥

ওইজনীংই ঐহাক্না
থম্মোই নৈরাং লোয়ুম্বী
কায়দোং নৈতেং নম্খাঙদি
মুবাই মোল্ল' কায়াংনা
"নাম্নোকৃখি'নি" ফাজিনব্য
য়েরু মিংয়েং ঙাকৃপদা
ঐগী থৌদাং ওইকবা
থম্মোই পোঙ্জবনিদা.

মুবা কায়াং নম্ঙানা
মোল্ল কাই ঙাক্পদি
থম্মোই ঈরাং হৌবকৃশি
স্বর্গ ঈচেল্ ঈহৌনা।

ওইজনীংই ঐহাক্না
থম্মোই মুংশি থোইবীগী
অকোরবী থম্বাল খুংজেংদি
চেংল খাংজা পাম্বনা
পুন্সিসিমা লেপ্নোকৃপা
'খাবা কৌবা নৈত্রোই

নোক্লা নোক্লা লেন্‌বনা
মুরা নীংজোল্‌ ঙাক্লুবা
মুঙাইবতা ওইবনা
মুবানা কাইদ' চৎপদা
মুরা লাকৃই তাক্কনি
শ্রেং শ্রেং লাওবা খোল্লাওন ;

চেংল' খ্যাঙ্‌দা পায়তুনা
মোল্ল নীংজোল্‌ থকৃঙাবা
মুবা ফৈরু নেত্রাদো
মুংশি লম্বী তাকৃপনা
ঐগী থৌদাং ওইরুবা
ঐমুক্‌ লাইবক্‌ ফববু
তাইবঙ্‌সিদা লৈবরা ?
মালঙ্‌ তন্নাম্‌ ফংলবা
মুম্না পুন্‌শি লেন্‌বনা
থৌদাং ওইনি হায়রবা
পাম্‌জদে সনাগী লন্‌গৈ
পাম্‌জদে লৈতেংবা মন্মিা ।

ওইজনীংই ঐহাক্লা
মুরা ইনেম্‌ মচাগী
খোঙ্‌গী লৈতেং খোঙ্‌পক্তি

মোল্ল-মুরা খোঙ্‌পায়না
ঐগী ইরাল্ ভাক্‌পীয়ু
অমুক্তনি তাবীয়ু
শাওবা খিবিক্ তোক্‌পীয়ু
য়াখল্ মুক্তা তৌবীয়ু;
হিক্ হৈরবা খোম্থাংনা
মুবাঁ কাদা হায়জনি;
মুবা খুদোল্ চামগনি
মিংকী লাইজ ঈরানা।

থোজাল্ হৈবী ওইবনা
হায়জরুবা ঐহাক্কী
নীংজবদো থুংলনি
থল্লরোই থম্মোই য়াবনা।
মুংশিজ্জবী মহাক্কী
মোল্ল' খোঙ্‌বু নোইহুনা
মুবা সেবা তৌবনা
পুন্‌সি থৌদাং ওইবদি
মালঙ্ লম্‌দা লৈবনা
ফংঙম্‌দবা থৌদাংনি;
কল্লরুবা শিন্থানি
ফংজবগি ঐতনা॥

ওইজনীংই ঐহাক্না
শাবাঁবেম্মা পাম্মুবী
নুংশিবীগী ফিজুং ফী
লোম্না থুপ্না লৈছনা
পাম্মুবীগী অয়োন্‌বা
মনুংচন্‌বা সখা ওই
তাইবঙ্‌ কনা খঙ্‌দনা
ঐখোয়নিতা লৈজবা
নুংঙাইবনা থন্‌বনা
'রাবা কয়া কাওথরে
মনুংচন্‌বা মকপলেন্‌
চান্নথোইবা অবোন্‌বা
কংঙম্‌দবা মীওইবনা
ঐহাক্নীদি ওইজরি,
তৎন-থান- লৈতবা
মতম্‌ পুম্বা ওইদুনা
পুনসিসিমা লেনগনি
কয়াগী মতিক্‌ নুঙাইনি,"
"সিবু হেন্‌বা নুংঙাইবা
করি লম্‌দা লৈরম্‌নি ?
ওইজদুনা ঐহাক্না
থম্মোই নুংশি থোইবীগী

নুংশি—থাদোন্ খোম্ফাম্বী
হন্দক্ মপোক্ লেন্বনা
কম্ব থাদোন্ চপ তুনা,
ঐগী পুন্সি লেন্বদি
লৌথোক্লুনা থম্জিনৈ
নুংঙাইবদো থন্দুনা
নাইতোম্ তার' মতম্কাও
য়াবা অমুক্ নৈররোই
"ঐমুক্ লাইবক্ ফববু
তাইবঙ সিদা লৌবিদ্রাও ?"

ওইজনীংই ঐহাক্না
নুংশিথোইবী মায়থোংগী
নাইতোম্ তাবা শম্দো
য়ুবা মায়থোং ফজনা
য়ুবা থম্মোই ওইহনা
ঐগী থরাম্ব অসিনা
অমত্তা ওইনা তিন্দুনা
অমত্তুনি হায়দুনা
তাইবঙ্ থুংনা উৎনীংই
মালেঙ্ থুংনা চত্নীংই
খঙ্দবা কনা খঙ্নবা
মতম্ পুম্বা উৎনীংই

নঙ্‌গা ঐগা তিনবনা
অনি অমুক্‌ ভুদরে
অমত্তমক্‌ নৈহৌরে
কাওবীগম্বু অসিতা ।

---

---

কলিকতা, ডিসেম্বর .৯৫০

১৯

## পন্থুং আশা

ঙসি ইদ্কী নুংথিল্নি
মশানা লাঙ্বী সহরসে
থোইনা হেন্না লাঙ্খরে।
লৈজ শেংপা ময়াম্নি
চোল্লে মীনা মৈদ্যান্সে
সন্ধ্যা নমাজ হোৌরক্লে।
"কৈদা লৈখ্রে মহাক্কী"
হাঙ্খ্রেদা মৈদ্যান্সে
মায়কৈ শুনা, য়েংলক্লে।
মথোক্ কাবা মতম্গী
খোয়থুম্নবা শক্তমনে
হক্চাং ঈনোৎ কারক্লে
কল্লক্লবা শাবান্নী।
"কনাবুনো থিরিবসে..
ভিল্লিব'লক্তা য়াওরগনে?"
তগাৎ তগাৎ তেকলিননি

মিংস্না কোয়রাওনবীসে
থম্মোয় হুরিবনিনে !

নুংশিজবা মহাক্নী
কদায়দমো মহাক্নসে
বুরখা নুংদৈ য়েংলক্লে ।

মীকোক্ ইয়ায় নুংদনি
ইদ্ মুবারক নিল্লক্লে
কদায় মাগী খোঙ্জেল্দে ।

থাপ্না উথি — চিন্বান্ লেঙথি
ঐগী খোঙ্জেল্দি য়োথরে
কদায় মাগী খোঙ্জেল্দে ।

লাইবক্ ফবী বুরখানি
নুজা চিন্বান্ নক্পনে
তা-রিনি — নুজা খোঙ্জেলসে ।

খোয়থুম্নবী খোঙ্জেল্নি
লাইবক্ ফবী বুরখাসে
ঐদি ওইজনিংথরে ।

মিংস্না তেঙ্জিন্ অখোবী
মীকোক্ জঙ্গল ফাওরক্লে
থম্মোই থুম্না পাল্লরে ।

লেপচনীংবা ঐহাক্নী
মুজা নাক্তা থকৃভানা
করম্ থায়মা লাল্সিগে
মীকোক্ ঈপাক্ অচৌবী ?
ইমায়দা লেপ্পা টাংটালস
মান্নী পাংখক্ ওইখরে।
থঙ্দ' উদ' পন্থৌনি
থঙ্শিন্নদ' পলেম্নে
মুজা শাগল্ চিংখরে।
মুংশি মায়থোং নীংথিবী
য়েংনা য়েংনা লাপ্খরে
উনা উনা তাম্থরে !!
চিংনা য়েংনা তাম্বনি
মিৎস্না খোয়থুম্নবসে
ঐগী থম্মোই ছবনে।
থাপ্পা উরি কুমথান্নি
মীয়াম্ ঈয়াম্ম মৌথরে
চিংনা য়েংবা মিৎয়েংদে—
রাথল্ মুংদা লৈহৌরি।
য়েংনা উনা তাক্থরে
তাইবঙ্দা অমুক্ উথিরে।

---

কলিকতা, জানুয়ারী ১৯৫২ ইং

## ২০

# তিলহন্থিমোইদ্রা নঙ্গী নঙাল মপৈলক্কা

ঐগীনি হায়নিঙাই

লৈজদে কনাস্থ

নঙ্গীনি হায়নিঙাই

লৈবগে কদায়দা ?

পোক্‌পদগী শিবা ফাওবা

নাযতোম্ তারবা ঐহাক্‌নি

রাংল'তিয়া লৈতেংবা

নায়তোম্ থোক্‌পা থাজদি

পুক্নীং থৱায় শুম্বাংলি,

নাযতোম্ তাববা ঐহাক্নী

রাখনা থম্মোয় থল্‌হল্লি

ইন্দ্রি ফিবাক্ কায়হল্লি ।

থাজ রাংনা কারক্লে

হৌগ্রবা মুঙাই' কয়ানা

থম্মোই লাইমুম্ ওংলরে

নোংদোন লিক্লা শাননা

ভাইবঙ্ পুম্চীক্ চীক্লবা'
কাউওম্ত্রবা হৌথ্রং লিশিঙ্না
অছিং মালতলা ঈংলবা
থংআইদি নিল্লে তক্তনা ।

মাঙ্গী য়াথল্ কয়াদি
ঐগী থবায় য়াহল্লি
মেঙ্লবা থাবলনা য়ৈবদি
থম্মোই ওম্চাক্নহল্লি ।

জিব জগত্ মপুংয়ায়
লেঙ্লি পাল্লিবনা থল্লবা
লাইজনা থল্লবা ঈনুংয়ায়
য়াথল্দদি ঐগী হাঙ্লবা

অয়োইবা য়াহিপ্ তাল্লিফাও
ইদোমঃ গায়র' ঐহাক্কী
ঐগী মতম গায়র' আশাফাও
ইথ্রবনি ওয়' মীগী

ঈনুংথুংদা লৈজরে
মীলক্ কৌবা তিন্দরে
য়াথল্গী মঙ্তা মঙায়রে
পুন্নক্ লোইনা মাঙ্খরে ॥

নহাক্তদি লৈরম্মী

ঐগী রাখল্ মঙ্‌লৈবাক্তা

নহাক্তদি লৈরম্মী মোমোন্ নোক্না

ঐগী ভাবকী লৈকোন্দা।

অরা-অনা মরক্তা

থাদোক্‌পা লৈতে নহাক্তী

অফ-মুঙাই কোল্লুপ তা

নোকলুবা লৈতে নঙ্‌দদি:

হায়নবদাই পূম্নমক্ অসে নহাক্তীনি

অহুবু কদায়নো হায়নিঙাই নঙগীনি,

মাঙ্‌খ্রবদ ঐহাক্‌ফাও নহাক্তী

অহুবু লৈরম্মীনে লেঙ্‌দনা নহাক্তদি।।

মঙ্‌লৈবাক্তী লৈকোনসে

লৈরাং শুনা শাৎকায়রে

খোয়রুম্ মোমোন্নরে ঙসিদি।

ভাবকী দলান্ নীংথিরে

লৈরোং লৈনা লৈহৎলে

খোয়থুম্নমা শুমহৎলে ঙসিদি।।

লৈনম্না হা-রবা মালিকা লৈরন্দা

লৈগী খুদা শেম্‌জরে

খোয়থুম্নমা রেংচরি —

মমল্ য়াওদ্রবা হকচাংসে
মুমল্ নাইদ্রবা নঙোন্দা
কথোকচরে ঙসিদি;
ঐগী নীংবা থুংনবা
নঙ্গী আশা থুগাইরে
রাবৌগনু কৈদৌগে ?
সংসার অসি কাওরগে
মিকুপ'মগী মীনোক্তা
নঙ্গী রাখলদা লুপচরি।
র'খল্গী মঙলান্ মুডাইবা
ভাবকী দলান্ শাক্নরে
লেঙ্শিল্লুবা কৈদৌগে ?
হে মঙ্লৈবাক্তা কোয়বিবা ভাবকী লৈকোন্ লৈতেংবা
লৈজখিবিক কংচরে লংনবিরিব্রা হৌজিক ফাওবা
তিলহন্খিবোইদ্রনে নঙ্গী নঙাল মপৈলক্লা।

---

১৯ । ৪ । ৭৫ ইংদা কবি সনমেলনা মনিপুরগী সাহিত্য পরিষদকী
৪০ শুবা চহিগী মীকমদা পাথোকখরবা ।

# ২১

## চওংনবি

লুংশি শীঙেল্ নহাক্কী
পাম্মু কোলোয় তাবদা

ব্লাখল্ ঈচেল ঈহৌবে
লৈপুন্ ঈথক্ কারক্লে ।

ব্লাখল্ লৈবাং লুংশিবী
শীঙেল্ লৈনম্ তাবদা

ব্লাখল্ থম্মোই ঙাওবক্লে ।
নুড্গী থম্মোই পেৎলক্লে ।

লুংশি নাক্তা ফম্বদি
পাম্মু নপাও তাবদা

মথক্ মখা ওন্থবে
ব্লাখল্ তোফম্ খণ্ডদবে ।

করিনো হে চওংনবী !
নঙ্গী লিলাসে অঙক্পা

ওয়াংতা বিদায় পীবীরে
ঙসি অমুক্ চওংনরে ।

মাইকৈদা কোবোইন্বগী
লুমিং লৈনা লৈগুম্বা

চিংনবস্থু পোক্‌তল্লে
থাজবস্থু লৈহল্লে।

ফৌবোই ইনবনা, নঙগী
'ভাহন্দরে জ্ঞান *মস্তা,

সুংশি নতৌ উক্নবসে
ৱাখল্‌ লংজিন্‌ পূনখরে॥

---

ইম্ফাল, সেপ্তেম্বর ১৯৫৭

## ২২

# নীংজবদো

হুংশি মৈচাক্লা হ্নাথল্ ঈথক হৌরবা
অচিক্পা থিল্লিবা সমাজ হ্নাংমক্তা
নাইতোম তাবা মীওইবনা কিনবা
কদায়দনো অচিক্পা শুক্ল' বোন্দা।

চেক্লাই খোঞ্জেল্লা তত্তনা নিল্লবা
কৌজেঙ্ হারৌশিংগী নাওশুম্ ঈশৈদা
শজিক্ চাবৈ খোঞ্জেল্ প্রুক্ প্রুক্ লাওরিবা
প্রাকৃতিগী নিল্লবা কুঞ্জবোন্দা

হায়বীযু হে কদায়দনো অচিক্পা !
তাইরঙমীতা লৈত' উমং য়ায়সিল্লা
নতোমতনি খল্লহুনা কিল্লিবা
হে পাঙ্দ্রবা ! থিবদাই লৈরি কদায়দা ?

প্রাকৃতি ফজহন্দুনা নিল্লিবা
মখোয়সিনা নতেং পাংলিঙৈদা
করিগীনো নথস্তুনি থাক্লিবা
সমাজগা থরা থাপ্নবা অচিক্পদা

কদাইদগী লাক্লিবনো অকিবা
কল্লিগী কিল্লি মীখোন্তা রাংপদা
থঙ্বা ঙমগ্রবরনে হে পাঙ্দ্রবা
তাইবঙ্মীসে লৈনীংদ্রা সমাজরাংমদা।

ফজবা পাম্বনা কিবা লৈত্রবা
ফজবা থিজল্লিবা অচিক্পদা
মাবু লুংশি মৈচাক্লা কাহৎলনা
হে পাঙ্দ্রবা! লুংশিবীযু অমুক্তা।

হে অচিক্পা থিরিবা লৌশিং চাওবা
লুংশিবরনে নহাক্লা মীশিংদো
মখোয়বু অচিক্পা থুগাইবা লাক্পা
হায়বীয়ু অমুক্তা পাঙ্দ্রবা ঙোন্দা।

হে চয়েংনবা ফজবা পাম্লিবা
ফজবা হায়বসিনা অচিকপদা
ওইরবদি প্রাকৃতি লৈতেং ফজবা
করিগীনো নীংদ্রিবা প্রাকৃতিতা

প্রাকৃতিদগী হেল্লা ফজরবা
থম্মোইগী হেন্না চিক্লবা কাচিন্দা
অমা লৈরিবয়া খাইদগী হেনবা
কংঙম্দ্রবা তরাইনা তাইবঙ্সিদা।

২৩

## অৱা নুংঙাই অকংবা ঈচেল

থিংঙমদ্রবা ঈচেল্‌নি
শীংথাঙমদ্রা' নাওংনি
অচিকপা পাম্বা কনাগী
নীংজবা লত কুঞ্জনি ।

লৈশেম্‌ঙৈদৈই লৈরক্লবী
প্রাকৃতিতনা শেমজবী
মশক্‌ তোয়না হোংজবী
উবক্তা চেন্‌বী ঈচেল্‌নি ।

ৱা য়া লাওবা ঈচেল্‌না
নুংগায়বক্তা থেংবনা
ৱাখল্‌ ঈথক্‌ হৌহল্লি
কক্ষবযু পামহল্লি ।

কোয়ৌহন্‌বা তাওদন্‌বা
লোংখ্রে নোংচুপ্‌ চীংদোন্দা
খুৎশেমগী লাওবা মেললকে
প্রাকৃতিগী হেনগংলকলে ।

অমাঙথাগী ঈচাওদা
অচিকপা থুগাইবদা

